# মালেমগী খোল্লাও

---

ইরবা—

এম, রামচরণ সিংহ
মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

ফংকম
ষ্টুডেণ্টস ষ্টোর
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

মমল লুপা ৩.০০

# মালেমগী খোল্লাও

## অহানবা শরুক

## ১বা উৎপা

## য়ুম (রজনিগী)

মফম :— মাঙ্গল ;　　　　　　　　　　　　　মতম :— অয়ুক

ইনাক কৈরাক খুনবা লৌমী অদগী য়ুম্বান কৈবাননি ; কমেন্দা ফক অমা থারি ; মোড়া অমা অনিস্স লৈ ; রজনি কাল অমদা ফম্লহুনা হুং-হরাই মরু থর য়াংকোক অমদা হাপ্লহুনা কংত-হৌদি মন্দুনা লৈরম্মী ;

রজনি—( খোঙ্গালরোমদা যেংলুরগা ফুক হৌগৎহুনা ) হায়, যণ নংবুনে ! মখোয় শাপমগী যণ অরাংবী অসে ওদ্বোক্লা মখোং চাখিজ্রেদা ; হরাই চেংহরাই অমত্তা থাবা য়াজ্রেনে। হায়. যণ নংবুনে।

তোম্পোক—মপান্দা ইয়া, কনাগী যণনো সিবু !

রজনি—আ-শাপমগী যণনি ; থর লাপ্পা ভাদ্বোকলম্ তোমপোক।

( অয়ুক চংশিন্দুনা কালদা ফম্লগা হরাই মল্লি )

তোম্পোক—( মপান্দা ) হায় ! হায় ! যণ নংবুনে। চৎলুনেই। ( চংঙক চংঙক্লা ) মসিগী যণ অসি ওদ্বোক্লা মমাই পানখিজ্রেদা। অসিননি নগানস্থ ভোইজমগী ভোভোনা মংখোঙ নাম থুদেকপিরক্লুনা মখোঙ শেক্লিবসে ।

রজনি—জ্ঞান য়াওদবা জীব অসিবু মখোঙ থুদেকপিরিবদি করিগীনি হায়রবগে ?

তোম্পোক—কনানা খংবগে থবী লুরন্দুনা চংরম্মী হায়রবনা ?

রজনি—( নেংকুনা ) ষণবু থবী হুবান্দুনা চাবা ! পাও তম্লিবা নংগী নতৌমক্কে তেংতোমকী মতৌনে চপ হেক মান্নে।

তোম্পোক—ইবেম্মা ঐগী য়াসিবু কয়াম্মক লাল্লবগে ষণ খংদে মী খংদে মপু তাক্কুনা লোননা চংংকুনা মীগী মপোৎ চারয়রবদি ষণ হুরানবা হায়বসিমক্তাইরে

রজনি—করে, করে, নং ঙনজরো। অহু তাম্পোক নচাদি কৈদৌ-হৌরি কুম্মকখিরোই হায়বরা ?

তোম্পোক—বসন্তবুরা ?

রজনি—হোইনে।

তোম্পোক—ঐখোয়গী ইবুঙোগী মতৌ অসিদি ঐখোয়না তম্বকা ঙম্বা নত্তে। খুড়া রারগা চংলম্মো ঐদি থবক থর লোই-শিল্লকখিগে হায়নেদো।

রজনি—করম্বা থবক ?

তোম্পোক—মথারোমগী লৌকমদু খোইবা লোইরগা ঙসিদগী লিংবা হৌহল্লনি হায়দুনা হৌজিকপু লৌগোল কোয়বা হোৎনহৌরি। ঐনা হয়েংস্ত লিংবা য়াই ঙসিদি পোংথারুসি য়ুমদা চল্লসি হায়ববু খুড়া, থবক মথাক থম্বা হৌনদে হায়দুনা শিথাং থাংনা য়াদে। ইবেম্মা, ইবুঙো বসন্ত অসি নোম্বা ঙবা কনমনথরে নারক রেক্রকলগা কয়া জুগোৎ চাররোই।

রজনি—অদুনি তোম্পোক, এনসু কথারক হন্না হায়রবনি নোংনংদি শুনিংদি হায়দুনসু নং কংহেন্না শুমনখরে নখাগী খর য়েংউ. পংরা রানা নোমগনু শেন ক্তিংজসনু, মী নেকউ হায়না হায়রিবনিসে অচুবু মংচন্দংদি হোই ইমা হায়রম্লগা মানা থোকপা অমা হেক্তা পোই।

তোম্পোক—মাগী থবক মশু অসিদি হাকনল্লে ইংবম্মা হাকমল্লে। শোইদনা নাবক্লগনি

রজনি—মচাক হেক নাবক হেক্রকপা থোক্লকপদা মীগী মমাংদা মাই অসি থক্লন লৈবোংইদোংরবনি। হাযবদি মীরা ভাংনবা মীংশংনা ভাংনগনিংদা মপুক্কগী তাবা মচা নংতবনিনা মমা পোক্রবা অসিন শংদণ শিজিন্নবশুম নিপামচা অসি উকায় ওক্লুনা শিজিন্নবীবদগী নংবিংবনি অদুগা মপুক্লগী তাবা মচাবুনা অ-সতরদা নিংথৌমচংগুন্না থংদুনা মতৌ তনহাল্লবনি কংসগুম্না নাংচাং শিংঙ্গা হৈবা বা কয় ভানবক্লনি খল্লুবদ পকন কন্না নেংথংনু ওতীবনু হাংরংবনি।

তোম্পোক—ইবেম্মা, নহান চিংযাদা লৈবা লৌকম খবদুগী থবক শুবদা নেকংখবা মী অদুগী অনেকমল লুপা চামমুক লেংগদরা ?

রজনি—কৈদৌদৈ পিগে হায়রিবা ?

তোম্পোক—ভসি লৌ লিংবা লাকপদা কংহনবীযু হাযবি।

রজনি—পিখো, লৈববনু কৈত্রে সু থি ছুমহুনা পিবা তংবেদনা। হৌজিক পিরো হায়রিববা?

তোম্পোক—হৌজিক নংত্রবসু হোরেন ঐনা লবুক কুম্মমদাইদা পিরবসু য়াগনি। (মতন আসদা বসন্ত রা ভাংন ভাংন মপাল্লোমদগী চংলকই)

বসন্ত—ইমা ষণ লাবা অনিসিদি চক করিষত্তা হাপ্পীত্রবরা ?

রজনি—ঐনা হৌজিক্তা হাপ্পীরম্বদ'ইনে

তোম্পোক—করি তৌরে ইবুঙো থবক শুহৌখিনি হায়রগা তু'থ মাংথ য়ৌরক্লবদি ?

বসন্ত—হে'রা, খুড়া ঐখোয়গী খুল অসিগী স্কুল অসিগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি য়েংগনি হাযত্নুনা তরেৎ নিপালনিগী মতুংদা সহরদগী মাইকৈ শোমগী স্কুলগী ইন্সপেক্টর লাক'ন হায় অদুগী মিটিং অমা তৌগনি হায। ঐনা স্কুল অসিগী সে.ক্রেটরি ওইরুরবনিনা ঐগী লন্নাই ওইবা লৌ ইংখে'ল শুবদগীদি ময়ামগী থ'ক্লা লুবনিনা থবক থাদোক্তুনা লৌফমদগী কারক্লবনি।

তোম্পোক—মিটিংদি পুং করা তাবা মতমদা তৌগদৌরিবা ?

বসন্ত—অমুক্কী চাক ঈশিং চারগনি। অদুনা ঙসি লিংগদৌরিবা লৌফমশিং অদু ঐ য়াওত্রবমু খুড়ানা অ.ঃম য়েংশিন খোৎচিন্দুনা হোৎনবীরুরো। ইমা শঙ্গোম লৈত্রবরা ?

রজনি—যণগীদি লৈরম্বরোই ঈরোইগীদি থর লৈরমখিনি।

বসন্ত—ষণগীদি কদাইদা চৎঞবা ?

রজনি—আ-অরাং লৈকাইগী ননে কুমারীখোয়গী লৈখিত্রবা নংগী মামত্নুগী ফিরোইগীদমক্তা শঙ্গোম থর য়াংকদৌরে হায়দুনা ননে অদু লাক্লনা ওভাইফ্রনা পিদবা য়াদ্রে হায়দুনা শংগোম মথৈদি লোইনা পুথরে। ঈরোই শঙ্গোম থক্তে হায়বরা ?

বসন্ত—হোই ইমা, অরৈবদু থর থক্তে।

রজনি—লৌথোকলুগে লৌথোকলুগে।

বসন্ত—খুড়াদি ?

তোম্পোক চাবা থকপদবু মীচোন্দা হংবা হৌনদেদা।

বসন্ত—(নোকুনা) ইমা, খুড়াগীসু পুরকউ।

রজনি হোয হোয়।

(তরাই য়াংকোকনচিংবা পুশিল্লগা চংখিবা)

তোম্পোক—ইবুঙো মনিংলোমগী লৌ পবি অত্তম অচুদি যেংবদা ফজরেদা লেং লেং চংলে। ঐখিং ইচাওবা লাকুনা মাং খোং তৌদ্রবদি ফো যগ্ন' থেক্কদোরিদা।

বসন্ত—ঈশ্বরগী কৃপান খুড়া, লৌকনশিং অদো কুমশিগী অসিগুম্না কুম খুদিংগী অম্নম্না য়েংবদা নুংহইখ্রে।

তোম্পোক—ইভুগা ননাও নেত্রজিংনা মহে তম্মদনি হায়দুনা তৌরিবসিনা লোইগদবা চহি কযা রাংলিবা ?

বসন্ত—থংদেদা খুড়া, মহাক্না মরম য়োক্না নিংথিনা তম্মবদি কুমসি অসি M.A. লৌগা লো-কা চ ববগ তম্মবগীদমক্তা মীবৈ-পাক্তগা চংকম থোক্রবনি। অহবু মবুদ্ধি কংতহন, তৌরিববা হাওশিন্নচনা তৌবিববা ওসি ফ.ওবদা P.U.C. দা পংতুনা লৈরিবসিনি।

তোম্পোক—অংদি জুগোং চাবোইদবা, মহে কংলোইদবা লৈরবদি সহরদগী কৌরুরগা লবুক্তা কুমহল্লসিদনা— করি তৌকনি অরেম্বদা শেল হুন্দোক্লুনা।

বসন্ত—হোয খুড়া, কুমসি চহি অসিমদি মাগী মঙং মতৌ যেংখিগে। চহিসিমা য়ুলগা শেম্বা থোক্লোইদবা লৈরবদি লৌ-শিংগী

থবক্তা চৎহল্লগনি। খুড়া, চাওখৎলবা মতমসিদা ঐনা করিগী-দমক্তা ইমান্নবশিংগুম্না মতিক চানা ইহৈ-ইশিন হৈহৌদ্রিবনো হায়বদো খুড়ানা খংবিরমদবা য়াই। ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা বাবাজি অহূনা সংসার থাদে'ক্লমদাইদা ঐগী খুৎ অনি অসি পায়রগা তাকপিরম্মী মহৌদি বসন্ত, ননাও নেত্রজিৎ অসে পোকমীন্নবা ননাও নত্তে খন্দুনা মীরাইবীগম্ না নমা অমত্তগী গর্ভদগী তামিন্নরকপা ননাওমক্তি খন্দুনা মহৈ-মশিংদগীনচিংবা হিরম খুদিংমক্তা মহাকপু মী অমা ওইননবা নংনা শেন্দীরক্কদবনি; অমদি ননাওসিগী পুন্সিগী ভার নত্তোন্দা শিন্নরম্নবনি হায়না তাকপিরম্মী।

তোম্পোক—মুংশাশ্বর শাংনা তোল্লগা (উম)।

বসন্ত—বাবাজীহূনা হেক লৈখিদবা মুনিৎ অহূদগী হৌরহূনা ঐনা ইহৈ-ইশিন তম্বা থাদোকখি করি মরমগী থাদোকখি মহৌদি মাগা ঐগা পুল্লপ ইহৈ তম্লবদি লৌশিং ময়াম অসি মাংবা তারে খন্দুনা মাবু মহৈ তমহল্লগা ওসি ফাওবদা ঐনা লৌ-শিং য়েংদুনা লৈ'রবসিনি।

তোম্পোক—অহূবু করিগীনো মহাক্তা মহৈ তম্বদা মপুক্লিং চংদহূনা চহি ৪।৫ মাংহল্লিববু····· ?

বসন্ত—খংদেদা খুড়া, নেত্রজিৎপু রারক ব্রাতেমহূনা য়েংশিনবিয়ু হায়না শিন্নরিবা সহরদা লৈবা মাম সহদেব অহূম্ভ লমচৎ-শাজৎতা কয়া কজনা তাদে। লৈকম মকম কৎতবনা ইনাও অহূম্ভ মরমচৎ মাংথরক্লবরা খংদ্রেদা খুড়া।

(মতমসিদা রঞ্জনিনা শঙ্গোম গ্লাস পায়হূনা থোরকই)

তোম্পোক—হোয় মহুস্ত খন্নবা য়াবা য়ানি।

রজনি—নপা নচানা খন্নবিবত্বু করিনোনে ?

তোম্পোক - অমা অমা সুম য়ারি য়াতাই শাবনিদা।

রজনি—সে সে থকওসে।

( বসন্তগা তোম্পো'ককদা শঙ্গেম পিবা , মখোয় অনি থকপা)

চৎলো নখোয় অনিমক ইকজ মাইথনবা তৌরুরো।

বসন্ত—চাকপু লোইবত্রনে ইমা ?

রজনি—পুজারিকা চাক ঈশিং চাহুনা ওসাইনা চংশ্রবহুবু।

বসন্ত—অদুদি বুড়া ইকজনবা তৌরুরসি।

রজনি—( মপাল্লোমদা য়েংলুরগা ) বসন্ত নখোয় মাম সহদেব লাকইহে।

বসন্ত—কদাই ? ( মপাল্লোমদা য়েংবা )

রজনি—ইবুঙো নং লাক্লিবরা ? চংঙকউ লাও।

( সহদেব চংলকই )

সহদেব—ইচে

রজনি - সে মোড়াসিদা ফম্মু। ( মোড়া থাবা )

সহদেব—ফরে ইচে। ( ফম্বা )

বসন্ত—মাম করি থবকনো ?

সহদেব—মাম থবক অমগী লাকপনি। ফনা য়াম্না ওম্না লাকপনি পেশেঞ্জরগী গাড়ীদা তোংঙকপসিদি কয়া-দি জঞ্জান ওইখরে। মতৎ-মতৎ খামদোক খারজিন তৌবদা অসি য়ৌনা থেঙথ্রিবনি। মেল গাড়ীদা তোংঙক্লম্নবদি ওসাইনা থুংলরগদবনি।

রজনি—সহদেব, নমাক অদুদি খোইদোকপা মশা ওমদবা খোৎতবা তৌদেদনা ?

সহদেব—খোইদোকপা ভৌদে ইচে। নেত্রজিৎকীদমক্তা থোইনা রাবিরুগন্ অৈ নৈরি। অঙগীসু মথক্তা মকোকতা চিকপদ অৈনা ইচেদা পাও য়োংল্লকনি।

রজনি—অদুনবু ইচেনা নংগী ননাক্তা থাম্নিনিদনা।

তোম্পোকা!

তোম্পোক - ইবেম্মা।

রজনি—ননাওগী চা গ্লাস অমত্তা লোনবিরু চৎলু।

সহদেব—তাদ ভৌবীরুসু। ইচেখোইগী লৈরক হাইজিল্লমদাইগী খোংনাং মখোংগী হোটেলদুদা থল্লকপদা ভাইরি।

রজনি—চাক ঈশিং চারগা চৎখরো। অদুগা নিপামচা, নংনা লাকপদা চুম্ন লাকপরা কররিগীনো?

সহদেব—ইচে অৈ আদা থবক য়াম্না লৈহৌরবা ঙাংনি। নেত্রজিৎনা মাম চৎপিদবা য়াদে হায়দুনা কন্না হায়মনবদগী খাংবা ওমদ্র-দুনা থবক থানা পুম্নমক থাদোক্তুনা অৈ কুক হৌগৎতুনা লাক্লবনি।

রজনি—মতাক্তা করি হায়রক্লিবা?

সহদেব—লুপা ২০০ দং পিরক্তবা য়াদে হায়রকই।

বসন্ত—মাম, লুপা ২০০ দি কররিগীনি হায়বগে?

রজনি—থা মথাই অমরোমগী মমাংদা নোংমা মাগী মনাক্তা লাক্লসুদসু শ্রু-শ্রু নৈদুনা অৈভোন্দগী লুপা ১০০ থক লৌহৌরিবনি।

সহদেব—নহানদো মাখোয়গী কলেজগী লম্পাক্তা কুটবোল শানবদা ঘড়ী মাহৌরে হায়। ঘড়ী লৈনবা শেল ওইরমাল্লে। থংদেনা ইচে, মসিগী অঙাং অসি ওন্থোক্ল মপোৎ চেকশিনখিদ্রে। মনাং কয়াদসু হা অদু মাংখরে হা অদু তৌখরে হায়দুনা ইচেখোই

তাহন্দনা ঐনা মেনখৎখিবস্থ কোঙ্গাই অমনি। ঐ মাগী রাসি খংদে লুপা ২০০ ছু ৬সিগী মুম্বিৎতা পিরক্কবা য়াদে হায়রকই।

রজনি—নোংমা নিনি মতম লৈরিঙৈদা খংহল্লকপস্থ নত্তনা হৌজিক হায়রগা হৌজিক পিরক্কবা য়াদে হায়বসিবু হৌজিকপু কদাইদগী লুপা ২০০ নো! লৌপম্রি কুনমুক অসিগী পানখৎনবা হোংনবদা থবক শুবা মী নেকপগী অনেকমল লুপা ৩০০/৪০০ অমস্থ হৌজিক হৌজিক চৎকদবগী মখোং থাগৎতুনা লৈরে। মাগী লুপা ২০০ পিথোকপ্রবদি শোমদা অমুক হোহৌবা তারিবা। মসিদা ফো তাইথোকপা হেমক তাবা।

সহদেব—খংদে খংদে ইচে কৌ তাইগে তাইউ অমা তোগে তৌ মাগী লুপা ২০০ অসিবু ঐনা হেক পুথিদবদা লাইরিক ঔরাইয়ু হায়বস্থ মনাদা হাপ্পরোই থবক অসিমা তৌশিল্লম্মু হায়বস্থ মনানা তাররোই মনাতোন অহ চফুমুক চাওরতুনা অহুম খু-খু কাম্তুনা মানা থোকপা অমা অহুম তৌহুনা লৈরগদবনি।

বসন্ত—মামা মহাক্ত হায়রক্লিবা লুপা ২০০ অসি হৌজিক পিথোকপ্রবদি সোমদা লৌ শীংগী থবক্তা খরা অকাইবা লাকপা তারে। অহুনা ঘড়ীগীদমক্তা ওইরবদি ঐগী ঘড়ী অসি মামনা পাইবিখরো অহুগা মাঙোন্দা পিবিয়ু।

সহদেব—অহুদা বসন্ত, ননাও অহুনদি শেল ওইনা পুরকউ হায়না ঐঙোন্দা শিঙ্গরক্লিদো।

বসন্ত—অহুবু মামা অমহা নৎত্রনে? মহাক্তা শেল পাম্লিবহু ঘড়া-গীদমক্তনি; ঘড়ী ওইনা পিরবস্থ কায়দেদনা।

লৌশিং খুদক খুদক্কী অনিংববু পাঙথোক্কবা হৌনবরা ? অসিননি অহল-লম্মন্না ঐগী ইমিং সহদেব হায়না থোনবীরম্লিবসে হ…হ…হ।

বসন্ত—( মঙুংদগী ) মাম, খুদৈ সিদা লৈরে।

সহদেব— লাকএ লাকএ মামা লাকএ। ( চংখিবা )

**লাইট ওফ**

# ২শুবা উৎপা

## য়ুম ( সহদেবগী )

মফম ;—মাঙোল মতম :—মুমিদাংবাই

( মাঙোলদা টেবিল চেয়ারনচিংবা থাহুনা লৈরি ; নেত্রজিৎ সুইট তাই তৌরহুনা হঙৎ-হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী ; অমুকস্সু চপ লেপ্তুনা খোংগালরোমদা য়েংডি ; চুরুট থক্কুনা অমুকস্সু রাখল ভৌই. মতম অসিদা রঘু য়াম্না ক্ষিংনা চংলকই )

রঘু—কমদৌরে নেত্রজিৎবাবু ?

নেত্রজিৎ—রঘু, ঐ জ্ঞান অমা তাড্রে, ঐ মৈথক্তা লৈবগা চপ মাম্নথরে।

রঘু—মামা সহদেব হৌজিক ক্বাওবা লাক্ত্রিবরনে ?

নেত্রজিৎ—লাক্ত্রি, ঐখোয়গী মামতুস্সু করি তৌগ্রবনো খংদে। অয়ুক ভন্না হল্লকনি হায়হুনা ভসাই অয়ুক ওস্তা অঙনবগী কার্ট গাড়িদা তোংহুনা চৎখ্রিবনি অহুবু মুংথিলগী পুং ৩/৪ তাশিল্লক্লে।

রঘু—নত্তে, মামত্তু চৎপীদ্রবরা হায়বনি।

নেত্রজিৎ—চৎপুদি চৎখি, মামনা গাড়ি তোংখৎপদো ইমিৎমক্কা উহৌ-রিবনি।

রঘু—অদুনদি হৌজিক ফাওবা লাক্লিবা অসিনদি গাড়ি ￼এং চৎলবরা হায়বনি।

নেত্রজিৎ রঘু, অদুগুম্বা রাদু হায়হৈদে।

রঘু ভাবতাদুবু হায়বা। নত্তে, মামনা হৌজিক ফাওবা লাক্লিবসিবু বাবুনা চেকশিন্না -রা মরম অদু শিন্নখিদ্রবরা হায়বনি।

নেত্রজিৎ— চেকশিন্না শিন্নখিবগীদি কারি অমুক হায়রুগনি লুপা ১০০ শুদ্রবসু লুপা ৫০ ওইরবসু ইমাদগীরা তামোদগীরা পুরক্কবা য়াদবনি হায়দুনা হন্না হন্না হায়খ্রিবনি।

রঘু—হন্না হন্না হায়খি হায়হনা কৈদৌনি। নখোয়গী মামনদি আদা নিঙাইদনা লৈখোক্লবনিনা ঐখোয় অনিনা চোপমীন্নবা মশানা তারবনি।

নেত্রজিৎ—চোপকনি খল্লুবদা কোক অসি মৈমুক শারবনিনে রঘু। মামনা লাক্লবদা হৌজিকপু কদাইদগীনো ঐনা লুপা ৫০ থিরুগদবসিবু।

রঘু—হৌজিক ঐখোয়গী ইবেম্মা সুমতি লাকপদবু লুপা ৫০ পুখোক্লুনা পিবা ওমজবদি ঐখোয়গী ইবেম্মা সুমতিনা পুজিসিমগী ঐসী রা লোবীগদবা লৈত্রে। করিনা হায়ববু বাবুগী রা মতুংইন্না অসিগুম্বা হোংবা চাউবাসিদা টিকেট অমত্তং য়োনবীয়ু লুপা ৫০ শোইদনা কংখিগনি হায়দুনা ঐনা ইবেম্মা সুমতিদা হায়জিন্নুরিবনিদো।

নেত্রজিৎ—রঘু ঐ পুক্লিং অসি ইলাং লাংছনা করিনো অমা তৌরে।

রঘু—ঙসি বাবুগা ইবেম্মগা ইহান হানবা উনবা নুমিৎ অসিদবু জবান শেয়রবদি এখোয়গী ইবেম্মা সুমত্তিনা বাবুগী য়া পুক্সিগী থাজবিপ্ররোইদবনি।

নেত্রজিৎ—মহুদনিশে ঐনা লৈকম চাবম থংদনা প্রান প্রোক প্রোক চাক্লিবসে। নত্তে রঘু, মখোয়না টিকেত য়োল্লিবা ড্রামা চেরিটী শো অসিবু কৈদৌদৈ শান্নগদবনে?

রঘু—হয়েংনি হয়েং। ঐনা হৌজিক্তা মখোয়গী থুড়াইবুঙো সুরেন্দ্র উনবা চংলুবদা ইবেম্মা সুমতিদি মমান্নবী অমা অনিগা লাক্লনি হায়হৌরবনি, য়ৌবু য়ৌরক্লগনিনে। ঐ চংচহৌরগে বাবুনা থোকপা তৌবিহৌরো।

নেত্রজিৎ—করিনো রঘু নংগী রাহুবু। লাকতা লাকসন্থু থোকপা থোকপা ঙাংনগনি। মামা য়ৌরকত্রিঙৈদো মখোয়না লাকপনা হাল্লবসু চা মুং পিথক্তুনা মাম ঙাইবা ওইনা ঙহাক কমহনগনি। মামনা লাকতা লাক্তগা ঐনা কদর অমা তৌহুনা মাগী লুপা ৫০ অহু পিগনি। করিসু লৈতবা লুপা খর অহুগীদমক্তা নং ঐ চোপ্পা য়াবরা?

রঘু—হো অহুম্মা তাকপিরবদি থম্মোই অসি খর চাওখৎলেদো। অহু চা-মুংগী ঈশিংকাদি।

নেত্রজিৎ—ঙসাইনা ঐনা ষ্টোভতা শাহন্দুনা থম্লে।

রঘু—(মপাল্লোমদা য়েংলুরগা) বাবু, হায়রিঙৈমক্তদা ইবেম্মা সুমত্তিখোয় লাক্লে।

নেত্রজিৎ—কদাই? (মপাল্লোমদা য়েংবা) রঘু, য়া অমা ঙাংনসি।

রঘু—হায়রিয়ু।

নেত্রজিৎ—নং ঐ মরূপ্নি। মখোয়না চংঙক্লগা মরূপনা মরূপকী খাটির খর তৌনবা তাইদো।

রঘু—রাছ ঐ ভাগ ভাদরে।

নেত্রজিৎ - ঐগী 'কাদনা ঐনা খর চাওবা হয়েং নংগী কাদনা নংনা চাওবা ভাব তারবরা?

রঘু—নোক্কনা য়ে য়ে ভাব তাক্তরে। সেবা মুংবাগী রা নক্রাও?

নেত্রজিৎ—হোয়রে।

রঘু—মতুদি মশানা তাবনিনা। মতম মতমগী মতুংইন্না মীনাই মপু অমুক অমুক শান্নবগী রানি।

( সুমতি অমসুং শিলা চংলকই; মতমগী খম খেংবা নিপীগী ফিজেৎনি ) লেংশিনবীরকউ ইবেম্মা। চেয়ারদা লেংশিল্লু।

সুমতি—করে রঘু।

রঘু—ঐবু Introduce তৌনবগী মতম খজিক্কং পিবিগদ্রা?

সুমতি—করিবো?

রঘু—অসিনি ইবেম্মা ঐখোয়গী মরূপ অসিগী মিংনা Mr. নেত্রজিৎ য়াম্না চাওবা বিজিনেসমেন্ অমনি হৌজিকমতু মণিপুরদা সাইকেল ফেক্টরি অমা লিংখৎনগী থবক পাইখৎলিবনি। অতুগা নেত্রজিৎবাবু, ঐখোয়গী ইবেম্মগী মিংনা Miss সুমতি ইন্সপেক্টর of Schools.

নেত্রজিৎ—নমস্তে। ( অনিমক খুৎ জুর তৌনবা ) অদুগা ঐগা লাকমিন্নরবী অসিগী মিংনা শিলা কৌই; মধুমতি গার্লস হায়স্কুলগী এসিষ্টেন্ত টিচরনি।

নেত্রজিৎ—নমস্তে।

শিলা—নমস্তে। ( খুৎ জুর তৌনবা )

নেত্রজিৎ—চেয়ারদা লেংশিনবীয়ুবা।

সুমতি—য়াম্না নুংঙাইজরে। ( সুমতিগা শিলাগা চেয়ারদা ফম্মী )

নেত্রজিৎ—রঘু, চা-মুংগী থবক অসি অতোপ্পা অমা অমুক তৌহল্লু-বসু নং অমুক্তা তৌবীয়ু হায়ববু ......

রঘু—why not, ঐনা তৌজগনি। ইবেম্মা, চা-কপ অমমমতংদি ফানখো।

সুমতি—অদুদা রঘু ঐখোয়দি.........।

রঘু—মিনিট ৫ গী মনুংদা চাগা লোইননা মকম অসিদা ঐনা হাজির। কুইররোই। ( চংখিবা )

নেত্রজিৎ—ঙসি ইবেম্মখোয়গা শক খঙনজবা ফংবসি ঐগী ওন্থোক্না নুংঙাইজবা অমনি।

সুমতি—ঐখোয়গীসু লাইবক ফবনি।

নেত্রজিৎ—থবক চিনবিগ্রবা মীওইশিংনা ঐগী অসিদা লাকপীবগী মতম থরা কাইথোকপিরকপসি করিনা লমন শিংজনি।

সুমতি—চাওরবা বিজিনেসমেন অমনা চৎথোক্তনা লৈবিরমদুনা ঐখোয়না উনবা ফংজবগীদমক করিনা তৌবিমন উৎচগনি।

নেত্রজিৎ—হায়রিবা অসিনদি অমনা অমগী লমন তোয়দরে অমহা ওইরেদনা। ( মখোয় অহুম নোকমিন্নবা )

সুমতি—অদু নেত্রজিৎবাবু, ঐখোয়না ঙসি মকমসিদা লাকচবগী মরমসিসু অমুক ইনৌ নৌনা হৌদোকচখিগদরা ?

নেত্রজিৎ—করিনো হায়বিরবসিবু ঈশ্বরসু মৎতনা পুক্নিংগী হায়দোক্তবা রাখলবু ফরম্না খংঙু হায়রিবনোনে।

শিলা—নত্তে, রঘুনা করিমত্তা বাবুগী মকমদা কাংথোকলমত্রিবরা ?

নেত্রজিৎ—ইবেম্মখোই সিদা লাকনি হায়বদি থংহল্লি অতুগা লাকপগী মরমদি তাক্কে। ময়াম্না ঐবু উনবা লাকপগী মরম অদু হেক্তা হায়বিয়ু কৈদৌবগে ?

সুমতি—আরতি থিয়েটরগী ড্রামা অমা ঐখোয়গী ক্লপকী চেরিটি শো অমা লৌজে অদুগী টিকেট পুশিং লাকচরিবনি। টিকেট অমত্তং খৌবিদুনা ঐখোয়গী ক্লপপু মতেং পাংবিয়ু।

নেত্রজিৎ—বশ লোইরে মদুদা করিস্থ থম্মনিঙাই লৈতে; টিকেট মমলদু কয়া কপা ওইবনো ?

সুমতি—টিকেট মমলগীবুদি তরা, মঙ', অঙম, অনি অসিনি। অদুগা হায়জনিংবা অমনা মুমদকা লাক্কুনা পুশিং তৌজবসিদি টিকেট অমগী লুপা তরাগীদমক্তা নংচদে। মদু থংনা ... ... ...।

নেত্রজিৎ—হোই, খজিক্কং কাংথোকপিরকপদা ঐ লোইনা তাব তাজরে। ঐগীদা লাকপিবগী থোইনা নিংবা কায়হঞ্জরোইদা।

(মতমসিদা রঘুনা চানবা থরগা চা-কপ মরিগা ট্রেদা হাপ্তুনা পুথোরকই।)

সুমতি—Thark yau.

নেত্রজিৎ—Not mentioned please.

রঘু—রারিদি রাম্না লুংঙাইরি হায়ববু চা থকুবগী মতম খজিক্কদি কাইথিসি।

(রঘুনা মথং মথং ওইনা সুমতি শিলা, নেত্রজিৎ তা চা পিবা; অদুদগী মশানা মশাদা চা অদু ওফর তৌজবা)

রঘু—চা অসি অমুক্তা—! Thank you.

(ময়াম রা লাওনা নোকপা)

সুমতি—( চা থক্ল থক্ল ) শিলা টিকেট বুক অহু পুথোরকও ; নেত্রজিৎ-বাবু, লুপা ৫০ দং পিবিরো—ঐখোয়গী চৎনবা তৌজরগে।

নেত্রজিৎ—O, yes. ঐ অমুক্তা ইমুংদা চংজরুখিগে

সুমতি—কনি। ( নেত্র্জিৎ ইমুংদা চংখিবা ) শিলা ড্রেশীংগী কাষ্ট রোদা সিট নম্বর তরেৎকা নিপালগা লৈরিবনি। টিকেট অমত্তং শেৎলু।

শিলা—( টিকেট বুক অহু পুথোক্লগা ) সিট নম্বর তরেৎ অসি শেৎলগে।

সুমতি—হোয়নে।

( রঘুনা নেত্রজিৎকী শেল লৈত্তে হাযবদি খংবনিনা তৌনরিবা ইরাং অহু উবদা কয়ম খোক্লগদগে হায়বগী রাখলদা রেংতুনা লৈবা )

শিলা—( টিকেট শেৎলগা ) টিকেট অসি লৌশিনবীয়ু। ( সুমতিদা টিকেট পিবা ; মতমসিদা নেত্র্জিৎ নিংবা কায়বা শাশি রুতুনা ইমুংদগী থোরকই )

সুমতি—টিকেট শেৎচরে।

নেত্রজিৎ—কনি। অছ সুমতি দেবী ; ওস্তোকপা খোদোক অমা খোক্লে—কমদৌশিগে ?

সুমতি—করি তৌরবগে ?

নেত্রজিৎ—আলমিরাগী শো থিবা থংজে— ঐনা সুম খনবদা ঐখোয়গী মামনা পুরম্বা তারে।

রঘু—করিনোনে হায়রিবহুবো ?

নেত্রজিৎ—আলমিরাগী শো লৈরমদরে।

( রঘুদা মমিৎ খৎপা )

রঘু—Hopeless. ( লরায় পায়শিন্নবা ) নখোয়গী মামলা শো অহু শোইদনা কাওহনা ফুরিৎখাদো হাপচিন্দুনা পুরম্বা তারে।

নেত্রজিৎ—ইশ ইকাইখ্রেদা।

রঘু—ইবেম্মা সুমতিখোয়গী টিকেটকী শেলহুবুদি হয়েং পিবস্থ য়াই। ওসি চৎনগদবা শেল খরদং বাবুদগী লৌজগে হায়রগা ··· ··· ইশ লোইরেদনা।

নেত্রজিৎ—রঘু, আলমিরাসি শো থুদেকলু চৎলু।

রঘু—ফনি ( চৎকে তৌবা )

সুমতি—নত্তে, ঐখোয়গী টিকেটকীদমক্তা ওইরবদি হয়েং Show নংনবা পিবিরবস্থ য়াগনি। আলমিরাগী শো থুদেকপিরুগনু। টিকেট অসি থমজরম্লগে ঐখোয় চৎচরগে।

নেত্রজিৎ—ফনি টিকেট অহু পিবীরম্মো। শেল অহু হয়েং অমুক রঘুদা ওইরবস্থ পিজরক্লগে।

সুমতি—অহুদি অসি অমুক্তা ·······। ( সুমতিনা নেত্রজিত্তা টিকেট পিবা; মতমসিদা রঘুনা মপালরোমদা য়েংলুরগা পাথৎপা; সহদেব চংলকই চপ লেপ্তুনা তৌনরিবহু য়েংভি )

নেত্রজিৎ—ব্রারৌবীবা য়াদে। মথোং চাদবা মামা অহুনা শো পুখিহনা তৌবমি। হয়েং শোয়দনা য়ৌহজরকে।

সুমতি—ফনি।

সহদেব - কনাগী করিগী শোনোনে?

( নেত্রজিৎ শাই লাওবা—থুমদবা )

সুমতি—অহুদি ঐখোয় চৎচরগে।

নেত্রজিৎ—ফনি, লেংখোক্লসি অসুরাই ফাওবা থিন্দোকচগে লেংগসি।

( সুমতি, শিলা, নেত্রজিৎ থোকখিবা )

রঘু—ইশ্ব উচিন নাচিন্না দথা অমা কোক্লেদো।

সহদেব—( থোওং থৌদোক্তু উবদা পুমণক ওক্লুনা ) করিনোনে রঘু তৌরিবা ইরাং অসিবু?

রঘু—তুম্মৌন্না অছুম য়েংশিল্লু কৈদৌবগে মাম।

সহদেব—ঐ ভাব অমা ইতা ভাদেকো।

( নেত্রজিং হো-হো অমুক চংগকই )

নেত্রজিৎ—রঘু, নংবু সুমতিনঃ রা অম শিংদমগ অমুক্তা থুনা থোরকউ হায়।

রঘু—ঐবু! ( থুনা চৎখিব )

সহদেব—নেত্র, হৌজিক ঐনা চংগকপদা, মথোং চাদবা মাম অহুনা শো পুথিহুনা তৌবনি হায়হুনা নংনা হায়বতুবু করি হ'য়রিবা অর্থনো?

নেত্রজিৎ—মাম রারৌবীগনু। ঐ রাকম অমগী চোপ্পা ইকাইবা নংবা তারহুনা মামদা তাইশিনবনি;

সহদেব—করম্বা রাকমগী?

নেত্রজিৎ—হৌজিক লাক্লম্বা মুপীশিংদো য়াম্না হঙ্গোইনা তিন্নবা মরুপ মপাও ওাকনি। মাখোয় অহু চেরিটি শো অমগী ড্রামাগী টিকেট য়োনবা লাক্লম্বনি। শেলদি পিনিঙাই লৈতবনিনা মামনা শো পুথি হায়রহুনা তাইশিন্নবা নত্রবদি ……।

সহদেব—হা হা হা সহদেব ঐগী ইমাকনি হায়বা মতিক চারে। মাম করিমত্তা শাওদে।

নেত্রজিৎ—মাম, শেল হাযবহ পুবিরক্লবরা ?

সহদেব—শেল অছগী নৈনবদা অসি য়ৌনা থেংহক্লিবনি।

নেত্রজিৎ—করি হায়নরক্লবগে ?

সহদেব—ইমানদি নংগী শেল অদো য়াম্না পিনি'না ভৌই অহুদা নখোয়গী দাদা বসন্তনা করিগী পিরুগদগে হায়না য়াদে।

নেত্রজিৎ—মহাক্না করি হায়রিবা।

সহদেব—শেলবু উ-রাদা পানবগুম্না মহাক্না পুংজ খুদিংগী শেল তানবগী মরম কবিনো ? ঐনা সিদা নোজু নুংশা থাক্লনা রানা শেল তাল্লগা মহাক্না আ-দা বাজা শাংনা শেলবু উৎ-রাইদৌনা শিজিন্নশদি কদাইগী [illegible] পাহন্নু পব নংহন্নু অহু নত্রবদি মহাক আসি হাদোংদোরি [illegible] রাইক্তে কয়ানা ডাং-শক্তুনা শেল পিরক্তে।

নেত্রজিৎ—ইমাদি করি হায় ?

সহদেব—নমানা করি হায়গনি। ইমুং অহু নয়াম্বা শক ফজবহুনা লোইনা শুপ্লে—নমা কবিনম্বা চাংকম নৈত্রে। মতুং মনাও অসিদি নংগী শেল থুম লোকচোকা হায়রনা মামবু নখোয়দকা চৎলু হায়রক-লাক্লকনু.কা ঐনা হেন্না ইকাইখরে

নেত্রজিৎ—নত্তে মহাক্না অহু য়ৌনা চাওথোক্লা ডাংজিববু মখোয়না পায়রিবা শেল থুম অহুবু ঐগী শরুক য়াওত্রবরা ? হাযবদি বাবানা থনম্বা লৌ-শিংদগী থোকপা ফৌ-চং তাইরগা পায়রিবা শেল-থুম নত্রা ? অহুগা মহাক্না হেক্তা মতোমতগী মরলগুম্না ডাংবা য়াবরা ?

সহদেব—নংনা সিদা নশোং কন্দুনা রাজাও ভাংতুনা করি তৌগদৌরিবনো ? নখোয়গী বাবানা থনম্বা লৌ-শিংদগী ইংখোলদগী মাগী মমিংদা লোইনা পান্দুনা লৈরি—অতুনা হৌজিক হৌজিক্তি মাগী কুশিনী নংগী করি হক্ লৈগনি ? হায়জ-নোঞ্জতুনা নিরুবা নত্তনা মাঙোন্দা নংনা অশিংনরুবগী করিমত্তা কায়বা কংলোই— ।

নেত্রজিৎ— অতুদি ঐ অসি মাগী খুয়াগী উঘ্রলগুম পুন্সি অসি লেনবা তারিবরা ?

সহদেব— অপংবা মীদি অতুমঙাই । নহাক অসিদি ঐগী ইচলনা হেক পোকপা ইমাকনি । নংগী মত্তনববু ঐনা হায়বা ছোনবরা ? মাম রা হায়গে তাও— নমা তিন্নদবা পোকমিন্নদবা নয়াম্বা অসিনা নংবু করি তুংশিফম্ থোকই ? মমৈথংদা মানা নিংথৌ,— নংনা লখীগী চাকনীবা । মসিবু হেক্ থোকত্রবদি ম'মগী না ককচৌ ।

নেত্রজিৎ—ফরে, মাম অতুগুম্বা কিভম অতু তাত্রিভৈদা ঐনা শিলহৌগদবা পোরম অসি করিনো ?

সহদেব—হৌজিক্তা নংনা ঐঙোন্দা ইনৌ নৌনা হংলিবসিবু করিগীনো ? ঐনা কয়ারক হয়া হায়রে নখোয়গী অহলনা থনম্বা সম্পত্তি লৌ-শিংদগী ইংখোলদগী নয়াম্বগা তংখাই তংখাই য়েঙ্থোয়রো হায়না । নংদি নহৈদম্ব কয়া পাংদরে লৌমীগী থবকসু হৈহৌদরে অদুনা নংগী কংকম থোকপা সম্পত্তি অতু য়োনথোকলে হায়রগা সহর অসিদা কারবার অচৌবা অমা পায়খৎতুনা মী অমা ওইনবা হোৎনগৌসি হায়দরা ?

নেত্রজিৎ—চুম্মী মাম - ।

সহদেব—ঐনা হায়রিবা রাসি ন'গী তুংগীদমক্তনি। ঙসি নয়াম্বা অমদি ইমানা লুপা থর অহু পিরক্লবগী শাওহুনা ভাংবা নত্তে। খন্দুনা য়েংঙু নংনা B.A. M.A. অমা ওইরক্লনি হায়বস্মু মামদি মংদা কাওবা খত্রে, মহুগীস্মু মখক্তা লৌ-শিং শুবা হৈবা মীতাস্মু থোদত্রে অহুনা সহর অসিদা কারবার অচৌবা অমা পায়খৎনবা হোৎনহৌবা নত্তুনা তুংগী নংগী ক'রি আশানো? মামগী দি ঙসি হায়রিবসিনা অরোইবনি অমুক হন্নস্মু হায়বোই—মুন্না রাখল ভৌ। ইমুংদা চংগে (ভৌরুরগা) অহুগা ন'গী লুপা ৫০ দরকার লৈ হায়বহু ঐনা হযেং অয়ুক্কী মনুংদা শোয়দনা পিগনি। (চংখিবা)

নেত্রজিৎ—চুম্মী; মামনা হায়বসিমক ঐনা পাংথোক্লবা হোৎনবা ভাই।

লাইট ওফ

# ৩ শুবা ঊপা

## লম্মী (লবাইগী)

মফম :— খুল্লকুনি; মতম :— হুমিদাংল্লাই

(গোপে অমসুং কালু য়ু ভাওরি ভাওরি ভৌহুনা খোংনাং মখোংদা লেপতুনা ৱারি শাহুনা লৈরম্মী)

গোপে— কালু লবুক্কী থবক রানা শুকরগ। খজিক খজিক্কং য়োৎলুবসিদি কালু ভাই হুকচাং অসে হাইফেৎ ইলিম কাত্রনে?

কালু— গোপে ইশিমবুদি কায় হায়রবা কংথক য়োংপসিদি মপোকসিমগী য়ু কৌবদা থকচনিংব্রে।

গোপে—ভাই, নং অমা নরলদি লৈতনা শঙ্গোম চানিংবগী রাম্বু ভাংগনু।

কালু—ইরল লৈতনা শঙ্গোম চানিংবগী রা নত্তেনে। ভসাইনা থকপা চংব্রিভৈদা থন অম্বু মতিক চাফাত্তে হায়রবদি ঐনা অভম্বা থোরাং অমদি তৌরকনিদনা।

গোপে—নংনা করি থোরাং তৌরকদৌরিবা?

কালু—চাবা-থকপম্বু অম্নুনা মপুং ফারোই হায়রবদি শোইবমগী চাউবিতেনখোয়গী য়েন্বা অমা থোক রেপ্পকৃপম্বা যাবপোংনি।

গোপে—ভাই, নং অসিদি থার্ড ক্লাসকী [illegible] ঐখাবা নেশ রালা অমা ওইরবস্তু অদুগুম্বা থার্ডক্লাসকী লিচৎ অম্বু থক চত্তে।

কালু—ভাই, নংনা বযাম অফবা মী ওইরম্বুনা ঐবু থার্ডক্লাশকা হাযবা শারিবনো?

গোপে থার্ডক্লাসকী রাভাং ভাংলবদি মশানা থার্ডক্লাস হায়বা তাবনি লুপ্রাবী চাওবীতোনগী হেম্ব ভুরান্দুনা চারগা দেহেদা করি মচিবু কাগদগে?

কালু—ভাই ঐদি লুরবা থবক অমা তৌরেন।

গোপে—কৈদৌরবগে?

কালু—ইমাননে লোহোল লৈনবা ঐভোম্দা শেল খর পিরেএ। অদুদা ঐনা শেলনা শেল মচা পোকহনবা য়াবরা যেংগে হায়দুনা খুৎ লেংলুবদা শেল মচা পোকপদি লায়রদনা

মমা ফাওবা শিখরে হায়বনি। ঐবু য়ুমদা চংবা য়ারোইদৌরি হায়বনি।

গোপে—নখুৎ লেংলুরবদি অহুমঙাইদনা।

কালু—ভাই, হয়েংগী লৌ লিংবা নংনবা হোরেল সুংদাং অসি লুক্রামগী লৌহোল হুল্লিবহুদগী ঐবু লাইবক খর য়েংবা তারিমাল্লে।

গোপে—হুম—হুরানবা লৌহোলনা লিংবা লৌহুদি করনি; তিল তাহুনা মরাইনা লোইনা মাংজনি।

কালু—(মাইকৈ অমারোমদা য়েংলুবগা), ভাই মশা য়াম্না নানবী হুপী অমদি লাক্লে মসিদগী শেল থুম খর লাইবক য়ংহৌবা তারে নংশু খর ইতেং পাংবিয়ুনে।

গোপে—এ ঃ।

(মতমসিদা সুমতি লাকই ; তুং হন্না হন্না মরক মরক্তা য়েংঙি)

কালু—এঃ নত্তে।

সুমতি—রা অমত্তা হংজগে।

গোপে—করিনো ইবেম্মা

সুমতি—খুল অসিগী হায়স্কুলগী হেড মাষ্টরগী য়ুমবু কয়াম রাৎলিবগে ?

গোপে—হাওবম নিলমনিগী য়ুমবু ওইরবরা ?

সুমতি—হোই হোই।

গোপে—সিদগী খর রাৎলি। ঐখোয় অরা অনা থিদনা ইবেম্মগী নতেং পাংজরগে য়ুনহু ফাওবা খিঞ্জরগে।

সুমতি—য়াম্না নুংঙাইজরে।

গোপে—অছু ঐখোয়গী অরামন্দি করি পিবীগনি ?

সুমতি—ও,—মছুগীদমক্তদি তাদখোয়গী চুরুট থক্নবা শেল-থুম খর—।

গোপে—মছুদি ঐখোয় পামদে ।

সুমতি—অছু ওইরবদি য়ুম ভাকপিবগীদমক্তা করি পাম্বীরিবা ?

গোপে—ইবেম্মগী নিংথিবা শকক্ষম কক্সবা কিত্তম করি হায়রবগে কালু ?

কালু—অচুম্বনি অনৌ-অপেনবু পাম্মোইদবা পৃথীবীদা লৈবা হৌনবরা ?

সুমতি- অছুগুম্বা উশিং খোঁওইদবগী য়াঙাং তৌবীগনু ৷ য়াগী য়াগী ভাংনসি । নখোয়গী নত্তেং লৌত্রবসু য়ুমথু থিবদা ঐভোন্দা লুনা খোক্কদবা নত্তে । হংনবা হৌনবগী অছুক হংবনি ।

(চৎকে ভৌবা)

গোপে - এ-এ (থৎপা) মেন্ অমত্তংদি তানখিশিদনা ·

সুমতি—শে চৎকেসে ভাওশিন্নমু । (মতম অসিদা কালুনা নারন্দা চংশিল্লকুনা সুমতিগী হেশু বেগ লাক্লগা চেনখিবা ঙাক্ত, করিনো তৌগ্রিবসিদি, য়াম্না চোংলম্ চাদে । তারিবরা, বেগ অসে য়াম্না লুবা চেং-মুং য়াওখরে অমুক্তা থাম্বীয়ু ।

গোপে—চেনগে হায়দুনা চেনখবা মী অসিবু ঐনা কনা থামহুনসু হন্নরোই ।

সুমতি—(চেনখিবা মাইকৈদা য়েংলগা) হো, বেগ পায়দুনা চেল্লিবা মুপাদো অমুক্তা কাবিয়ু । বেগ অছু ঐগীনি লাকুনা চেনখিবনি ।

গোপে—কনাদনো, ইবেম্মানা হায়রিবহুবু ।

সুমতি—ভুম্মীনা লৈয়ু ; তাদবুসু ঐনা নশক য়াম্না মুন্না থংলবনি থবক অসে নখোয় অনি লৌতুনম্বনা তৌবনি। নত্তে, নখোয়না মপুক শেংনা শেল পাম্মে হায়ম্বনা নিরগসু ঐনা অওবা পিগনি করি কান্নগনি অদুগুম্বা হুরানবগী লিচং চংতুনা। ( মতমসিদা বসন্তনা বেগ অদু মখুৎ নামনা পায়রম্বুনা কালুবু ইন্ ইন্‌দুনা পুরক্‌পা )

বসন্ত—ইবেম্মাগী বেগ ওইবিরবরা ?

সুমতি—হোই।

বসন্ত—অদুদি লৌশিনবীয়ু। (বেগ অদু সুমতিদা পিবা)

সুমতি—(বেগ লৌনা লৌনা) অদোমগী লমন তোঞ্জরে।

বসন্ত—থনবীরস্তু। (গোপেগা কালুগদা) গোপে, কালু নখোয়না তৌরিবসি করিনো, নখোয়গী শাজৎ-লিচৎ অসিবু ইগোংমক হোংবা হম্মরোইদরা ? জুরারদা নখুৎ থাবমথৈ শেল হুন্দোক্লে অদুদগী য়ু থকচিল্লগা লমী চংপা খশোল অনা, কুপী অভাংদগী শেল-থুম মুন্দুনা পুন্সি হিংনবা হোৎনগা। অদুগুম্বা তুকৎচরবা শাজৎ-লিচৎ অদুনবু পুন্সিদা শান্তি ফংগনি নিংবরা ? নমাই নমাইদুদা দুহ্নমসিনা থাজিল্লুবা ? হা-নে ?

গোপে—ঐদি যাওজদে কালুননি।

বসন্ত - ভুম্মীন লৈয়ু ; নখোয় অনি মাম্নদুনা তৌরগা। (মতমসিদা নিপা অমনা মখুৎনামনা সুইকেশ অমা পায়রম্বুনা মকোক্তা বেদিং খোঙ্গৎতুনা লাকই।

নিপা- ইবেম্মা কৈদৌনরবগে ?

সুমতি নংনা নখোং তপ্পকপদগী খোক্লিবা রাখোক্লি।

নিপা—ইবেম্মা, গাড়িদগী পোৎ-চৈশিং থাংথবদা মী চিনমনৃখিবনা মতম খয়া হাৎখরে।

বসন্ত—অসিগুম্বা খুল চেম্বুবা থবক অসি মতুং মনাও তৌখিগদয়া?

খুম্মু—খুম্মুনে কালু।

কালু—তৌজররোই।

বসন্ত—মতুং অমুক হন্না তৌবদা খুলসিগী নহারোল ভলন্টিয়ারশিংবু ক্লাহল্লগা থানাগী মথুক্ত লানখোক্লনি। মতুনসু লোয়গদবা নত্তে। খুল অসিবু চেম্বুহনবা মীগী লিচৎ চত্তবা নখোয় খব অসে খুল অসিদগী তাখোক্লদবনি; থংলবরা? চৎলু নশকশিংদু য়েংনিংদে। (গোপে, কালু য়াম্না ইকাই ইকাই চৎখিবা) ইবেম্মনা কদায় য়ৌনীগদবা?

নিপা—ঐখোয়গী স্কুলগী হেডমাষ্টর বাবুগী য়ুমদা চৎকদবনি।

বসন্ত—থোইনা লাপত্রে। অদু ইবেম্মদি লম অমুরাইগী মীশকসু মান্দে।

সুমতি—হোই, নিংবিরিবদো অচুম্বনি।

বসন্ত ভসিগী থৌদোক অসিদা রারৌথীবা তৌগনুকো।

সুমতি—ভসি অদোমগা থেংনজবসি ঐগী লাইনক ফবনি। অদুগা অমুকসু খল্লি চিংফুং মাহুংদা চা-চন্দন পাৰ্থা হৌই হায়নুবদু অসি ভইয়েকো হায়না।

বসন্ত—অদুক্ রাংনা ঐবু থঙৎশীগনু। ঐ অসিদা চুম্নগী কৌমী মচা অমনি। ঐনা ইবেম্মদা হায়জগদবদি মখোয় লম হেনবা

লৈবাকমচা তাদবা মীওই থৱাসিগী মতৌ উবিরগা ঐখোয়গী খুল অসিবুদি অত্থক হন্থনা খনবীগনু। ঐ চৎচরে। (চৎখিবা)

সুমতি—( ৱাখল অমদা তাওত্থনা বসন্তনা চৎখ্রবা মতুংদা ) লেংঙো।

নিপা—হায়মা! মীনা আ য়ৌখ্রগা, ইবেম্মনা........।

সুমতি—হা! লাও অত্থদি ঐখোয়সু চৎলসি। নত্তে, হৌজিক্কী লৌমী মচাত্থবু মমিং মথা করি কৌবগে নং খং লাকপরা?

নিপা—হৌজিক্কীদো?

সুমতি—হোইনে।

নিপা—করিগীনো?

সুমতি—হংবা য়াত্রবরা?

নিপা—ৱাই; মাগী মমিং বসন্ত কৌই। লাও চৎলসি। (মাং থাত্থনা চৎপা হৌবা)

সুমতি—বসন্ত! শাজৎ লিচৎ ৱাঙাং শাঙাংদসু লমদাশিদগী ইতোপ-তোপ্পা অত্থগা মমিংসু লম অসিগা চুনদবা! বসন্ত!

নিপা—হাইমা! চৎলসি লাও। খুদি খিরবরা ও?

সুমতি—চুম্মী;- ঐ খুদি খিরে অকবরা কত্তবরা অমদি লাইবক্কা তম্মন্নগনি।

নিপা—অত্থবু চৎলসি; হুম্রিৎসি থেংজিল্লক্লে। ঐখোয়গী হেডমাষ্টরগী য়ুম য়ৌরগা অকবা ওইগদরা কত্তবা ওইগদরা হায়বত্থ ইচিল- ইপা ভরা খোক্কা খৱরুশি। লাও চৎলশি।

সুমতি—হোয়—মত্থদা তাএ। চৎলো, চৎশি। (মখোয় অনি তুংথ মাংথ থোকমিন্নখিবা)

লাইট ওফ

## ৪শুবা উৎপা

## য়ুম্ন ( রজনীগী )

মফম:— মাঙ্গল মতম:— অয়ুক

(মাঙ্গলদা টেবিলনচিংবা চেয়ার মরি মতা থাত্নবা লৈবা; ফুলগ্লাস নচিংবা টেবিল মথক্তা লৈ; রজনিনা টেবিল খিদা নচিংবা শেম্দোক শেমজিন্ ভৌরি; মতম অসিদা নিলমনি চংলকই)

নিলমনি—ইন্দোল ইবেম্মা।

রজনি—ইবুংঙো নিলমনি, চংঙকউ ফম্মো লাও।

নিলমনি—ফনি; (চেয়ারদা ফম্লগা) য়াম্না শেম্বী শাবীগ্রেদা।

রজনি—নখোয়নদি সহরদগী সরকারগী মী অমা লাক্ই ঐখোয়সিদা চা-স্থুং পিথকনি হায়রিজনবীরে। অদুনা নখোয় খাইগী নমাই চোপ্তনবা ইন্দোলনা হোৎনরিবনে? নত্তে, ননাও বসন্তনা হায়রবু ওসি লাকদোরিবা মীশক অসিবু নখোয়গী স্কুলবু·· ······

নিলমনি—হোয় মানি, ঐখোয়গী মাইকৈ অসোমগী, স্কুল পুম্নমকপু য়েংশিনবীবা এডুকেসন ডিপার্মেন্টগী ইন্সপেক্টরনি। ইনাও বসন্তনা স্কুলগী সেক্রেটরিগা ওইবীবনে, ইন্দোল ইবেম্মা খোইনা য়ুম্বাল কৈবানকা থরা য়েংবা স্থুংঙাইবত্নদা চা-স্থুং পিথকপসি সিদা পাংথোকপনা ফরগনি হায়না ঐখোয় ওবা ময়াম লেপ্নজবনি।

রজনি—ফরে, কৈদোবগে !

নিলমনি—ইনাও বসন্তদি ?

রজনি—ননাওদি চান থক্লবা অথুম অহাও খরা লৈবা চৎকনি হায়রম্মী। লাক্লগনি। (মতম অসিদা তোম্পোক্না কালুবু মথুৎ পুন্দুনা ল্লা ভাংনা ভাংনা চংঙকই)

তোম্পোক—নথুৎ অহু থুদেক্কদব ন ; অহুগুম্বা জাৎ নাইদবা মী মচাঙ্গী থবকপু তৌবা হৌনবরা ?

রজনি—কৈদোরে তোম্পোক ?

তোম্পোক—ইবেম্মা, ঙসি লিংগদবা লৌহোল খরা লবুক্তগী মহাক্না হুহুনা পুরক্লিবা ! হুরানবসি থনাগী মথুক্তা শিন্নখোক্কে তৌবদা ইবেম্মা অমদি ইচা বসন্তগী ল্লা অমত্তংদি তাখিগে হায়হুনা য়ুম তান্না পুজরক্লিবনি।

রজনি—ঙাইখো ; ঙাইখো ; কালু নংদি করিগীনো লৌহোন হুরাল্লুরিবদি ?

কালু -(কপ্লি কপ্লি তৌহুনা) ইন্দোল ইবেম্মা, অরোনবা অথুপ্পা লৈত্তনা শেংনা হায়জগে। ঐখোয়গী ইমানা লৌহোল লৈনবা শেল খরা শিন্নে, মহু ঐনা খুৎ লেংবদগী জুল্লারদা থাদোক্লুরে অহুবা য়ুমদা চংবা য়াত্রহুনা লাইবক য়েংজরুরে। সত্য ঈশ্বরনা খংনি ইন্দোল ইবেম্মখোইগী লৌহোলনি হায়বসি ঐ খংজদবনি খংঙম্বা খোক্লবদি ঐ হু সু হুরাঙুরম্মোই।

রজনি—অতোপ্পা লৌকমদা লৈবা মীগী লৌহোলকা ওইরম্বা খোক্লবদি ঙসাই কোকাই লুকাইনহুনা অচৌবা রাখোক অমা ওইরগদবনিদো।

কালু- অচুম্বনি ইন্দোল ইবেম্মা ; অদুগা অময়োমদা ওসি ঐনা হুরুরিবা লৌহোল অসে ইন্দোলবেম্মা খোরগীনি খংলম্লবদি ঐ হুরাল্লম্মোইদবা জাৎনি করিনা হায়রবু মরমদি ঐখোয়গী অরাং অপা পূন্নমক পিবিরিবা, ঐখোয়না হায়জরিবমখে হুংশিবীবা ইন্দোল ইবেম্মগী পোৎ ঐনা হুবা হৌনবরা ? হন্দকমুক্তদি ঐগী ইরাল ওাকপিয়্ু। [মতম অসিদা বসন্ত পোৎ ময়োম মচা অমা পায়রদুনা চংলকই]

বসন্ত—ওঝা, লেংবিরক্লম্মে।

নিলমনি—ইবুংঙো।

বসন্ত—কৈদৌনরবগে ?

তোম্পোক—ইবুংঙো, য়োংসিনা ঐখোয়গী লবুক্তগী লৌহোল হুরানদুনা পুরম্মী ; অদুদা খুড়ানা ফাদুনা পুরক্লিবা।

বসন্ত—কালুনা ?

তোম্পোক—হোই।

বসন্ত—হুরানববুদি থানাদদি পিথোক্ত্রদুনা য়ুমদা পুরক্লিবদি করিগীনো খুড়া ?

তোম্পোক—ইবুংঙোগী রা অমা তাখিগে হায়দুনা......।

বসন্ত—চৎলো চৎলো থানাদা পিথোকলু। মীশিংসি ইরেম্মা রারকপা রাত্রবদি থানাগী চৈ খয়া চাহনবা তারে।

তোম্পোক—চৎলু কালু।

কালু—( কপ্লি কপ্লি তৌদুনা ) ইন্দোল ইবেম্মা।

বসন্ত—ওরাং হুংদাংরাইরমম্থ হুপী অমগী বেগ লাকুনা চেল্লম্বদগী ঐনা কারকইনি। ওরাংস্থ ঐনা অসিগুম্বা হুরান-চিন্থিগী থবক

তৌরগু হায়না হায়খিবনিসে। মচুগী মপোমদগী মহাক্না ছুম্ম ছুগে হায়হনা ঐগী লবুক্কগী. লৌহোল হৰা ওইরিনিয়ে। পুখ্রোনে খুড়া।

কালু—(কপতুনা) তা-বসন্ত, ঐবু থাজবিয়ু। ওরাংগী রাকমচুগী মপোমকা লৈজবা নত্তে। ওরাংদগী ওসি কাওবদা ঐভোন্দা তারিবা দমা অসিগী রাহৌদোক্তি ঐখোয়গী ইমানা ঐভোন্দা লৌহোল লৈনবা শেল খর শিন্নৈ মচু জুরারদা থাদোক্লবদগী যুমদা চংবা রাক্রহনা বেগ লাক্লবনি লৌহোল ছুরাক্লবনি। হন্দকমুক্তদি ঐগী ইরাল ওাকপিয়ু তাদ।

রজনি—ভোপ্পোক, ঐ মতৌ য়েংবা ওমত্রে। থাদোকপিত্রোসে। কালু।

কালু—ইন্দোল ইবেম্মা। (ভোপ্পোক্না কালুবু পুনবা থাদোকপা)

রজনি—মতুং মনাওদি লম হেন্নগহুকে। নখোয়গী ইমানা নভোন্দা শিন্নৈ হায়বা লৌহোলগী শেলদি কয়ানো ?

কালু—লুপা তরাদনি !

রজনি—লুপা তরাগীদমক্তবু পোৎ-লাকপা, পোৎ ছুরানবা অচুক ইজ্জৎ মাংবা থবক তৌবা হৌনবরাও ? শে-শে (কিজিদগী লুপা লোখোক্লগা) নংগী লৌহোল লৈনবা লুপা তরাচু পুখোসে। (কালুদা লুপা পিবা, কালুনা লুপা লৌরগা)

কালু—ইন্দোলবেম্মনা ঐবু অমুক হন্না পোকপিরে। লুপা তরাসে শোয়দনা অমুক পিজরগনি।

বসন্ত—ইমানা ভৌবিরিবসি ছুরানবা চাওননবা য়োকপিরিবরা ?

রজনি—মচু নত্তে বসন্ত ; মীওইবা খুদিংমক অক্তবা হায়বচু ওই-
নিংদবা জগত্তা লৈবা হৌনদে ; মনিং থুংদবা অমদি অরাৎপদগী লমচৎ মাংখনরকপা ঙাক্তনি ; অচুনা কালুযু ঐনা শেমগৎপা য়াবরা হায়না হুন্দকমুক্তংদি ঙাকপিরিবনি, মনিং থুংহল্লিবনি চংলো চংলো কালু ( কালুনা চংকে হায়চুনা মমাই হেক লৈথোকপদা সুমতিনা চংঙকপদা থেংনবা ; কালু সুমতিবু হেক উবদা ইকাইচুনা মমাই খুমচুনা চেনখিবা ; সুমতিসু ঙকচানচুনা য়েংচুনা লৈহৌবা )

নিলমনি—কম্মস্থদগী হৌগৎলগা ) করি তৌরবগে ? লেংশিনবীরকও।

সুমতি—কনি, হৌজিক চংখিবা নিপাচু অমুক উখিবগুম তৌখরে। অচুগীনি। ( বসন্তবু উবদা অমুক হেন্না ঙকপা, অচুগা বসন্তনসু সুমতিবু উবদা ঙকপা ) অদোমবু......।

বসন্ত—হোই, মানি, ঙরাং কালুগী মথুক্তগী বেগ মুন্দুনা পিজবচু ঐনি। অচুগা হৌজিক মমাই পুবা ঙমদচুনা চেনখ্রিবা নিপাচুনি ঙরাং ইবেম্মগী বেগ লাকপদো।

সুমতি—হোই, মাল্লি হায়চুনা ঐসু খঞ্জরম্লিবনি।

বসন্ত—চেয়ারদা লেংশিল্লু।

সুমতি—কনি (কষা)

বসন্ত—খুড়া তোম্পোক, মসিগা পায়শিনথো অচুগা চা-মুং থম্না তৌরুরো

তোম্পোক—কনি, ( বসন্তদগী পোৎ ময়োম লৌরগা চংখিবা )

নিলমনি—ইবেম্মা, ইনাও অসি ঐখোয়গী স্কুল অসিগী সেক্রেটরিনি।

সুমতি—ও। বসন্তবাবুনা সেক্রেটরি ওইখিরিবা।

বসন্ত—হোই, অছু ঐগী মিংনি……।

সুমতি—অমুক্তং চান্না উনশ্রবা মীগী মমিংবু খংদবা হৌব্রবরা?

বসন্ত—অছুবু ঐদি ইবেম্মগী……।

সুমতি—হোই খংবিরমদবা য়াই, ঐগী মিং সুমতি কৌই।

বসন্ত—ভরাং সুম্মিদাংব্রাই উনবদা ঐনা ইবেম্মগী পরিচয় খংজহৌদ্রে, সহররদগী এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী ইন্সপেক্টর অমা লাকই, ভসি অয়ুক ঐগীসিদা চা-সুং থক্লুনা স্কুলগী মরমদা রারি শাগনি হায়বা পাওবুদি ভরাং সুংদাং অথেংবদা ফম্বীরিবা ঐখোয়গী দাদা হেডমাষ্টরনা পাও থাবিরকই অছুগা ভসি অয়ুক কাওবদা ইবেম্মা ওইরমগনি হায়বসি খংজদবনি, হৌজিক খংজরিবসিমভাই।

সুমতি—(নোক্লুনা) অছুবু হৌজিক্তি অমম্বা পুন্নমক হায়দোকখরেদনা? করি হায়বগে ওঝা।

নিলমনি—হোই।

বসন্ত—লেপ্লিবীসি ঐগী ইমানি;

সুমতি—( মোমোন নোক্লুনা রজনিদা য়েংলগা ) ভসি মন্নাম পুন্নমকপু শক খংনজবা ফংবসি ঐগী হায়নিভাই লৈজদবা সুংভাইবা অমান। ( রজনি নোকৃহ, হন্নাওৈজ )

রজনি—ইবেম্মা রারি রাভাই শাহুনা ফম্বীপ্প নংগী খুড়া অমনা চা-সুং ভোগনি হায়হুনা চৎপ্লিবসে ইন্দোল অমুক্তা য়েংশিল্লু-খিগে।

সুমতি—ফনি। ( রজনি চৎখিবা )

নিলমনি—স্কুলগী মরমদা রারি রাভাই শাবা হৌরসিদো?

সুমতি—কনি ; অহুবু ওঝা, স্কুলগী মরমদা খোইনা রারি শানিঙাইবু লৈতেদা। হায়বদি ঐনা স্কুলগী ফিভম, লৈরিবা ছাত্র মশিং অহুগা থবক পুখিরিবা ওঝাশিংগী রেকর্ড লোইনা থংজরে।

নিলমনি - য়াম্না নুংঙাইজরে ; অহবু ইবেম্মনা থরাই য়াওনা হোৎনবীহুনা খর থুনা পোঙর্মেটম। লৌশিনবীনবা হোৎনবীয়ুনে। ঐখোয়গী ইনাও বসন্ত অসে সেক্রেটরিনি হ য়হনা স্কুলগী করনিচরদগীচিংবা অয়াৎ-অপা পুম্নমক্কী মঙোন্দা তানবীবদা ইনাও অসে কুরোল ছুরবনে।

সুমতি—অহুবুদি মশানা তাবনি। ময়ামগী ওইবা থবক হায়বসিদি অমা-অনিনা মরম্লাই ওইনা থরাই য়াওদ্রবদি থবক খুদিংমক ওইশিনবা ইয়া য়াদবনি। ( মতম অসিদা তোম্পোকনা চা পুখোরকই, রজনিনা চান-থরুবা প্লেট অহুম পুখোরকই ; টেবিলদা থম্মী )

রজনি—ইবেম্মা, চা কাল্লু ;

সুমতি—কনি ;

( সুমতি, নিলমনি, বসন্ত মথং মথং চা লৌই ) ইন্দোল ইবেম্মনু চা অমা পায়বিয়ু।

রজনি—ইন্দোলদি কয়া হৈনদেদা।

বসন্ত—খুড়া তোম্পোক চা অমা লেপ্লে নং পায়রো।

তোম্পোক—হোই, অবেম্বা হায়বসি ইপোকীনি ; ( তোম্পোক চা লৌবা—ময়াম নোকপা )

সুমতি—( অচাপোৎ য়েংলগা ) ইস, অথুম অহাও ময়াম অসিদি—।

রজনি—লোইনা চাগদবনি ইবেম্মা।

সুমতি—( প্লেটতগী বেড়া অমা লৌদুনা চারগা ) ইশ—মসিগী বেড়া অসিদি ইমানা পোকপদগী চাত্রি।

বসন্ত—নোক্সবীরিবরা ?

সুমতি—পুক য়াম্না কত্তেনা। অসিগুম্বা অশেংবা শঙ্গোম্না শাবা বেড়া অসি চাবা কংদে হায়জবনিদা। হৌজিক আদা য়োল্লিবা বেড়া মুংলা অসিদি য়াম য়াল্লে।

রজনি—ইন্দোলনা য়ুমগী শঙ্গোম্না শাবা বেড়ানি।

সুমতি—অহুননিদনা য়াম্না হাওগ্রে ইন্দোল। ( মতম অসিদা নেত্রজিৎ হেন্দবেগ অমা পায়দুনা য়াম্না কেনা চংলকই )

নেত্রজিৎ—ইমা।

রজনি—নং হৌজিক লাকপরা ?

নেত্রজিৎ—ইমা !

( সুমতিবু উবদা শাই লাওবা সুমতিসু নেত্রজিৎপু উবদা ঙকপা )

ইবেম্মা সুমতি দেবী, করি থবকী ?

সুমতি—ঐ সরকারগী থবক ওইনা লাকচবনি। আদোমগী য়ুমবু···

নেত্রজিৎ—মসি ঐগী তশেংবা য়ুমনি।

বসন্ত—ঐখোয়গী নেত্রজিৎকাসু থংবীবোইরে ?

সুমতি—হোই।

রজনি—তোম্পোক, নচাগী চা-কপ অমত্তা শেম্বীরুচংলু।

তোম্পোক—কনি ইবেম্মা। (চংখিবা)

বসন্ত—নেত্রজিৎ।

নেত্রজিৎ—তাদা।

বসন্ত—মখোয়গী পরীক্ষাদি কয়াম য়াৎলিবা? (য়াড় তাবদা সুমতি গুক্লনা নেত্রজিতা য়েংবা নেত্রজিৎনু সুমতিগী মমাংদা মমাই পুবা গুমদবা) হা কয়াম য়াৎলিবগে?

নেত্রজিৎ—খংদ্রে, কনাগী করি পরিক্ষানো? (ইমূংদা চংখিবা)

বসন্ত—করিগীনোনে মসিগী অঙাংসিবু?

রজনি—তোকও হোরেন কোল্লা ঙাংনরসি।

সুমতি—(নিলমনিদা) ওঝা, ঐখোয়নু চৎনবা তৌরশিনা।

নিলমনি—ফনি, লেংথোক্লসি।

সুমতি—ঐখোয় চৎচরগে।

বসন্ত—ফনি। অদু স্কুলগী মরমদদি থোইদোক্লা খন্ননিঙাই লৈত্রেদনা ইবেম্মনা পুন্নমক কনবা।

সুমতি—ঐ লোইনা খংজরে। (রজনিদা) ইন্দোল ইবেম্মা, চৎচরগে।

রজনি—লেংঙো লেংঙো।

বসন্ত—লেংথোক্লসি, ঐ অসুবাই ফাওবা থিন্দোকচগে। (নিলমনি সুমতি, বসন্ত চৎখিবা)

রজনি—তোম্পোক! তারিবরা?

তোম্পোক—(মতুংদগী) ইবেম্মা।

রজনি—নচাগী চা-মুং শেম্বা লোইরবদি চাইরিবা খোৎলিবা-কাসে খরা লোইশিল্লো-লাওদনা। (তোম্পোক থোরকই)

তোম্পোক—চৎগ্রবোইরে?

রজনি—চৎখরে।

(তোম্পোক্লা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি রজনীনু য়াওই)

তোম্পোক—ইবেন্মা, মখোয় অসি নিপীমক ওইরবস্ু অচংবা নিপীনিকো ?

রজনি—হোয়নে হোয়নে। (মতমসিদা নেত্রজিৎ শাওরুংননা চা-কপ অমা পায়দুনা থোরকই)

নেত্রজিৎ—(চা-দু অমুক্তং চুপ্পগা) করি চা মনানো করিগুম্বা চাগী টেস্টিং অমত্তা লৈতবা! অদুগা চা-বু অসুম্না লোনবা হৌনবরা? চু-হিং থকপগা চপ মান্নখরে।

তোম্পোক—করি তৌরবগে ইবুঙো?

নেত্রজিৎ—করি তৌরবগে হায়দুনা অমুকস্ু হংবা শাগ্নিএ। শে, নং থক্কুনা য়েংঙুসে। (তোম্পোক্তা কপ লংশিল্লকপা; তোম্পোক্কী মফি মরোন্দু চা-না পুংলোই লোইবা)

রজনি—করিনো ইবুঙো, অদুম হৌনবরা?

নেত্রজিৎ—ইমা, ভুম্মীন লৈয়, খোইদৌনা খোইদৌ শাওগৎপনে। (তোম্প্যোক নেত্রজিত্তা শাওনা য়েংঙি—অদুবু অশাওবা কাক্সিল্লী)

রজনি—নংনা খোইদৌ শাওগৎপদু অদুম শাওগৎচৌ। করিগীনো নংনা নপাগুম্নবা অহল অসিদা নংগী চা লুখাক্না থারিববু? কর কত্রবসু নহাক অসি নিপা অসিগী মনমদা চ'ওরক্লিবনি। মহাক অসিদি নখোয় নচিল ননাও অনিনা লাইগুকগুম্না সেবা তৌবা য়ারিবা মীশক অমনি।

নেত্রজিৎ—(করেম্নদুনা) এঃ কনাবু?

রজনি—(শাওনা) নংগী খুড়া তোম্পোকপু। য়েংঙোই, ঙসিদি ঙসি ওইগ্রে, মতুংসিদা নংগী খুড়াসগী মকমদা থকসি খাসি

নাইদবা য়াহৈনা হেক শিজিন্নরবা—ব্যবহার কায়বা লিচৎ হেক চৎলবা—নমা ঐদি য়ারোইদবনি মতু থংনা চৎচৌ।

নেত্রজিৎ—এঃ হায়রিবসিদি মাবু থুকউ লৈপাক তানা থুরম্বা ত্তারিনে।

রজনি—খুরম্মু হায়বগী য়া নত্তে। নহা অহল মশক থংনা মীপী লিচৎ চৎলু হায়বনি।

তোম্পোক—ইবেম্মা তোকও তুম্মিন্না লৈরো। ই-থেগৎলকপা নহানিনা করিগুম্বা মনিং থুংদবা শাওনিংবা অমদগী ঐখোয়দা ওইনজবা ওইরিগনি। মতুংসিদা ইচানবু ঐত্তোন্দা করিগী ব্যবহার পংকাই কায়গবনো। ( তোম্পোক কপ-প্লেট লোইনা পুশিন্দুনা চংখিবা )

রজনি—নেত্রজিৎ, করিনো ওসি নংনা তৌরিবা মতৌ অসিবু! ,য়ুমদা হেক থুংওবগা ময় কাওবা হেদোক্তনা থু-থু কামলিব-সিবু?

নেত্রজিৎ—মরম লৈতনদি ঐস্তু থু থু কাম্বা হৌনদে।

রজনি—মরম অদো ইমাদা হায়য়ু।

নেত্রজিৎ—ঐখোয়গী তাদনা চথোকখ্রিবসে কয়াম কুইরকনি হায়ম্বগে?

রজনি—হৌজিক সিদা লাক্লম্বা নিপা অদো থিন্দোকপা চৎখ্রিবনি পংকুই কুইরকওইনা।

নেত্রজিৎ—থংগনি, ওসি হল্লকখিসনু।

রজনি—মীপুম থুদিংমক্তা অশিংনবগী ·ফিত্তমদা তৌরিবসিবু নংবু করি তৌরবগে? ( মত্তমসিদা বসন্ত চংলকই )

নেত্রজিৎ—ঐনা ঙসি লাক্লিবসে চুন্না লাকপা নত্তে। ঐগী থনগদবা রাখল পুন্নমক থনবা লোইরম্বা চপ চাবী রা ঙাংনগে হায়রুনা লাক্লবনি।

বসন্ত—করিগীনোনে মানা হায়রিববু ইমা?

রজনি—থংদে থংদে নং হংঙু। হুই অঙাওবগা চপ মান্নগ্রে অউবা খুদিংগী চিক্কে হায়রি।

নেত্রজিৎ—মানি ঐ হুই অঙাওবনি। নখোয় পুন্নমক চেকশিল্লু।

বসন্ত—করিনো নেত্রজিৎ নংগী রাঙাংহুবু ইমানা ঙাংবদবু অহুম্না শো-শৌ লাওনা খুম্বা হৌনবরা? করি ব্যবহারনো?

নেত্রজিৎ—অশাওবা হায়বসিনা মীওইবগী অক-কত্ত রাখল মাংহল্লি হায়বসি থংবীয়ু।

বসন্ত—করি ননিং থুংদবা লৈহুনা নংনা শাওরিবনো?

নেত্রজিৎ—নিংবা থুংদবগী রাদি পুক্সিগী থুংঙক্ত্রেনা।

রজনি—করিগীনোনে নংনা ঙসি পাওরোল থাবগী রাঙাংদা তৌরিবসিবো?

বসন্ত—ইমা নহাক তুশ্নীন লৈয়ু। নত্তে, নেত্রজিৎ নংনা পুক্সিগী নিংবা থুংঙকত্রে হায়রিবসিবু ঐখোয়না নংগী করি ননিং থুংহন্দবা য়াওপ্রবগে? নংনা হায়ররকপা খুদিংদা ঐখোয় করি তাদবা য়াওপ্রবগে? নংগী কননবত্তা থল্লিবা ঐ অমদি ইমানি

নেত্রজিৎ—মীওইবা হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈ মীরোল থংত্রিঙৈদদি তিল কাং কাওবা কা কাহুনা চারম্মী। অহুংগুম্মদনা পিজরিবমখৈ

খোনবীরিমখৈ অপেনবতা ওইরম্মী ; অহুবু হৌজিক্তি ইশাগী অক-কত্ত থন্নবগী পাজল অহু লৈরবনিনা হৌজিক হৌজিক ওটরিবা ঐগী মওং অসিনদি ঐগী অপেনবা নিংবা থুংবা হায়বহু ওইদ্রে।

বসন্ত—করিনো নংগী রাদো ইয়াম্বা ভাব তাবা ঙমদ্রে।

নেত্রজিৎ—মীখা পোনবগী পুক্সিসে ঐ অমুক পামদ্রে।

রজনি—নেত্রজিৎ !

নেত্রজিৎ—নখোয়না পিজরগা চাবা খোনবীরগা শেৎপা লুপা অমত্তংগীসু হায়জবা নাইবা মহুত্তম্বা পুক্সিহুবু মীওইবনা • কয়াম কুইনা পামগদগে ?

বসন্ত—নেত্রজিৎ।

নেত্রজিৎ—ঐসু তাদগুম্না ইনিংতম্বা পুক্সিদো পামজরে।

( মতমসিদা ভোম্পোক ইম্মুংদগী থোরকই )

বসন্ত—নেত্রজিৎ, নিপা হায়বসিদি রাকোই গুহ্না রা য়াম্না ঙাংলোইদবনি। রা অমা অনিদং হায়রগা লোইরে হায়যু নংনা অপাম্বদো হায়য়ু। নংনা অপাম্বা থুদিংমক , ইরাম্বনা ননিং থুংহন্নবা হোৎনগনি।

নেত্রজিৎ—লৈথিজবা বাবানা থনম্বা সম্পত্তি লৌ শিংদগী ইংখোলদগী ঐগী ঐগী নাখৈ অমা শেংনবা পামজরে।

বসন্ত—ঐগী ঐগী নাখৈ শেংনবা হায়বদি ?

নেত্রজিৎ—সম্পত্তি পুম্নমক অসি তাদগা ঐগা তংখাই য়েন্নবা পাম্মী, হায়বদি কিক্‌টি কিক্‌টি।

রঞনি— নেত্রজিৎ নংগী, রাদো করিনো ? ইমুং অসি থুম্না চাক্লবা মৈগী মশক নংনা ওইরবা ! ( কপ্লুনা ) তাবদা থাংবা রারবা অসিগুম্বা রাসে নংগী নচিন্দগী তাবা কংগুক্তনি হায়বসি মংদা ফাওবা খল্লমদে। অদুগুম্বা রাবু হায়রবা হৌনবরা ?

নেত্রজিৎ—ঐখোয়মু মীন ই ওইনিংদে—মপু ওইনিংই।

বসন্ত—নেত্রজিৎ, ইরাম্বনা নংগী নপুক্লিং চপ চানা খংলে ; লৈখিত্রবা ঐখোয়গী বাবানা হায়রম্বা মতুংইন্নদি নংগী নপুক্লিংগী অপাম্বা থুংহনবনা ঐগী রাশক্লি। নংগী নপুক্লিং হুংভাইরোইদবা থবক্তি ঐগী পুক্নিদা ভৌগ্ররোই হায়না লৈখিত্রবা পাবগী মকমদা ইরাম্বনা রাশকপ্রবনি। অদুনি হায়দুনস্ত সম্পত্তি রেমন্নহুনা তংখাই তাবগী রাকমসে হায়গদু। অদুনা ইরাম্বগী রাশকস্ত কারদনবা হৌজিকী রাকমসে হন্দোকউ।

নেত্রজিৎ—হায়প্রবা রাদা অমুক হন্দোকপা ঐগী পুক্নিদা ওইথোক্তে।

তোম্পোক—নেত্রজিৎ, খুড়া রা হায়গে নংনা কাংথোক্লক্লিবা রাকমসিদা অতাবা কনানস্তু লাল্লি হায়রোই ; হায়বদি পিক্লবা জীব উচেক রায়াতস্ত মচিঙ্গাক হেক থুনবা হৈবদা তোঙান তোঙানবা মহুম শানরিবনি। অদুনি হায়দুনস্ত নচিল ননাওদা লৈবদা সম্পত্তি থাইদোক্লংহনা তোঙান তোঙান তানবা হায়বসে মীগী মমাংদা কজদে তৌমু।

নেত্রজিৎ—( শাওনা ) করি নথো লৈদুনা রাকম অসিদা নংনা রাওরক্লিবনো ?

তোম্পোক—ইবুঙো খুড়াগী ইথৌবুদি লৈতে। অদুম্নদি ওইরবদা নচিল ননাও নখোয় আনিমক খুড়াগী ইনমদা চাওরকপা ভাক্তনিনা

ঐনা হায়বদা খরদং তাবিগদ্রা খন্দুনা হায়জরুবনি ; ডাও, নেত্রজিৎ কনা মমামচা ম'চিন মনাও ওইহনম্ন লৌ য়ুক্ষম খাইদোক্ল-খিবদা চাকখুম হেক তোঙান্নখিবদা কৈরোই লৈকাইগী বারি-সম্বন্ধদা তারকুনা মমা-মচা মচিল-মনাওগী হুংশিনবদো অচম মচেৎ-মচেৎ তাহুনা মাংপ্রগদবনি। অহুনা নেত্রাজিৎ, খুড়ানা হায়বা লৌ সম্পত্তি খাইদোক্লহনা নচিল-ননাওগী হুংশিনবগী প্রেম অদো মাংননবা শিনগনু।

নেত্রজিৎ—নং নশাগী ওইজবা কান্নবা অমা মকমদা খুপ্তুনা খল্লে হায়রগা মীগী মচিল-মনাওগী রাকমদা অকবা শাহুনা পংডাং ডাংগনু মীনাই।

রজনি—নেত্রজিৎ।

নেত্রজিৎ—রাকম অসিদা ঐনা ডাংলুবা য়াবনি য়াবা নত্তে হাযবনু খংদা চাকলেম চাবা মীনাই নংনা পংডাং ডাংবা য়াবরা ?

বসন্ত—নেত্রজিৎ ! করি রাডাং শাডাংনো ? ইপাগুম্নবা খুড়া অসিদা অহুগুম্বা খোল শিঙ্কিম্নবা হৌনবরা ? নংবু নহৈ ভমহল্লিবসিদি লাই-গুরু মশক খংদবা শাগী লিচং চংননবগীদমক্করা ?

নেত্রজিৎ—করি, ঐবু শা ?

বসন্ত—নংবু শানি হায়বদা হ'য়মনবা খোকপরনে ? নং অসে চুম্নগী শা নত্তে শা-হিং চাবা জঙ্গলগী শা—জঙ্গলীনি।

নেত্রজিৎ—(শাওনা) করি ঐবু জঙ্গলগী শা জঙ্গলী। ( হোৎচিন্দুনা বসন্তদা খুপাকনা থাবা বসন্ত মখুৎ হন্দে নেত্রজিৎবু য়েংহুনা লৈ )

রজনি—( অশাওবগা কপ্পগা য়াল্লহুনা ) পাপী, নরাম্বগী মথক্তা খুৎ থাবা শুম্বা। ( নেত্রজিৎপু ফুবা ) শা, নং অসিবু ঐগী ইচা ওইনা কৈদৌনা চংহুনা পোকপীরক্লল্লিবনো। নংনবু নপুজি অদু হুংঙাইবা শুম্বা হৌনবরা ?

বসন্ত—ইমা তোকলো ; ঐনা ইনাওগী মকমদা রাহৈ খর হেঞ্জিন খরে

রজনি কনা শাওনিংবা কনা মনিং খুংদবা লৈহুনমু মনাও অমনা ময়াম্বদা খুৎ হেক্তা থাবা অসিবু জগঙা লৈবর! মীওইবগী লিচৎলা ? নংনা মাবু চৈ-থাংহুনা রারক্ত্রদি কনা লাকুনা রারকপিগনি। নখোয় অনিমক মুল্লা তাও সম্পত্তি পুল্লমক অসি য়েন্নবা তারবমু নংগী খুভা তোম্পোক্কী শরুক খুংগদবনি মসি নখোয়গী লৈখিত্রবা বাবাগী য়াথংনি।

নেত্রজিৎ—হা হা হা ও! ঐ হৌজিক্তা ভাব তারেদনা। অমুক কুইবা মতম অসি মপু নিংবা হুই শাহুনা ঐখোয়গী অসিদা কুন্দুনা লৈরম্লিবদি সম্পত্তি থরদং ওইরবমু কংগনি হায়বগী আশাদা ওইরে। কংকম খোক্তবা উঞ্জানদি কদাইদগী কংবা য়াগদগে ? মহুগী আশাদা য়ুমসিদা লৈরম্বা খোক্লবদি আশাহু থাদোক্কুনা তুংগী ওইজবা লম্বী অমা য়েংহৌহুনা য়ুমসিদগী চৎখিবনা কগনি।

রজনি—নেত্রজিৎ

নেত্রজিৎ—ঐনা হায়জরিবসি অচুম্বনি সম্পত্তি অসিগী য়েৎতুম মতোন্দা পকপা লৈপাক মরিক অমগী মান ভোম্পোক মানা কংবা মুকয়া য়ারোই। অহুনা চৎখিবনা মাগী অকবা ওইগনি।

তোম্পোক—হা হা হা ওসি হায়বা হুমিৎ অসিদা য়ুম অসিদগী খোং থাংদোক্তুনা চৎলু হায়বন্থ ঐঙোন্দা থোক্লবোইরে।

রজনি—তোম্পোক. অহুগুম্বা রাখল থনগন্থু। মহাক্না হায়রগা নংনা হেক্তা চৎকদরা? য়ুম অসিবু মাগীরা? নহাক চৎপা য়ারোই।

নেত্রজিৎ—ইমানা মাবু থিংলুবগী কান্নবা লৈতে। মতম অসিদা মীরেম অমা থাক্তুনা থম্নবগী মতলব সুকলৈ লৈতে। মহাক চৎকদবনি। ইমাখোয়না মাবু লৈহনগনি চৎহল্লোই হায়রবদি ঐনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎপা তাই। নচা ঐ কায়নবগা মীনাই মহাক কায়নবগা কনানা পাম্বগে হায়দুনা মুন্না খল্লগা য়া ওাংবা কৈ।

রজনি—নং অসি ইপুক্তুগী তাবা ইচানি অন্থবু নংগী য়েংদুনা তোম্পোকপু য়ুমসিদগী চৎহনখিবদি ঐ ওল্লোই। মসিদা নংনা ঐখোয় খ্বাইবু থাদোক্তুনা চৎকে হায়রবস্থ নংনা থোকখিনবগী-দমক্তা থোং লাওনা হাংদোক্তুনা থমগনি।

নেত্রজিৎ—মহুরা?

রজনি—মানি।

তোম্পোক—নত্তে নত্তে ঐ অমগীদমক্তা মপুক্তুগী তাবা মচাগা মমা ওইবাগা কায়নবা চুমদে। ঐনা মরম ওইদুনা মমা মচাগী মরক্তা লৈবা প্রেম অহু মাংহন্দুনা পাপ লংকবা ঐ ওল্লোই। ঐ চৎচরগে ইবেম্মা।

রজনি—তোম্পোক!

বসন্ত—খুড়া, মহুগী রাখল অদু থাদোকপিয়ু। মহাক অসিবু ইপামক্লি খন্দুনা লৈজরক্লিবনি। ওসুক কুইবা মতম অসে

নহাক্লা নচা ঐখোয়বু চৈ-থাংহ্নুনা রারক রাতেশ্বিহ্নুনা লাক্লি-
ষনি। নহাক্লা য়ুম অসি থাদোক্নুনা চৎপ্রবদি কনানা ঐখোয়বু
রারক .রাতেম্বীগনি।

তোম্পোক—বসন্ত!

বসন্ত—অচুম্বনি খুড়া, নংগী হাংলরা মকম অসে কনা লাক্নুনা
মেনবীগনি। নেত্রজিংকী রাদা রারৌবিবা ভৌবিগনু। ঐ
অমদি ইমাবু সুংশিদ্রবরনে খুড়া?

তোম্পোক—বসন্ত, থম্মোইসুংগী সুংশিবা হায়বসিদি কোংদোক্লবগী
রাহৈগী লৈভেং লৈতবনি। নক্লনা লৈরে সুংশিবা লাপ্পা
লৈরে খোইনা হেম্না সুংশিরক্লনি থক মাংবা য়ারোই।
অহুবু নংনা থংলিবহুমগুাই খুড়াগী থম্মোইদি সুং অভেকপা
শম্বা য়াদবগুম্বনি। ঐগী পুক্লিংদি ওসাইনা য়ুমসিদগী মপাল
খোকপ্রবনি।

বসন্ত—খুড়া!

তোম্পোক—ঐ চৎপা তারবনি; নংনা কনা থামহ্নুনসু ঐগী পুক্লিংবু
থাম্বা য়াররোই।

রজনি—তোম্পোক!

তোম্পোক—ইবেম্মা, ওসি অসে ঐ চৎলগদবনি। (নেত্রজিত্তা)
ইবুংঙো, খুড়া চৎলগে নখোয়গী নকমদা ঐনা লানথিবা
কোঙ্গাই লৈরবসু খুড়াবু রারৌগনু, শাওগন্নুকো। অহুগা
চৎত্রিঙৈদা অসিমদি হায়জরমগে ঐনা অস্থুক কুইবা মতম
অসি নখোয়গী নকুম থুপ্পুনা য়ুমসিদা থাংহনা লৈরকপদি,
ঈশ্বর মানদি উরিগনি নখোয়গী সম্পত্তি অসি মীহৌবগী রাকা

নত্তে। লৈখিদ্রবা নখোয়গী তাইবুংঙোগী খল্লুবদা অমদি নখোয়বু ইচাদ-ইচাওম্না হুংশিবদগী থাদোকপা ওমদহুনা লৈরম্বনি হৌজিকসু ঐনা চৎলনি হায়দুনা তৌরিবসে—বসন্ত ! নেত্র ! খোংদি থাংদোক্লগনি-পু'ক্নং অমসুং থরাইদি নখোয়গী ননাক্তা লৈহৌরবনি। খুড়া চৎলগে।

বসন্ত—খুড়া ! (তোম্পোক্কী মখোং পায়দুনা খুরুম্মী)

তোম্পোক—লৈহৌরো বসন্ত খুড়া চৎলগে ঈশ্বরনা মতম পুম্নমক্তা য়েংবিবা ওইসনু। ইবেম্মা, ঐ চৎচরগে।

রজনি—তোম্পোক নংবু চৎলবা হায়বহুরা ?

তোম্পোক—মানি ইবেম্মা, থোইনা খনবীরুগনু ; ওসি কায়নরিবসে অমুকহন্না তাইশিল্লকওই হায়বা কন্থা অরেপ্পা লৈবগেনে। থম্মোইনু দা ননাইবু হুংশিবীবদো মহুতা মাংহনবীগনু ননাই চৎচরে। তোম্পোক থরাই হুংঙাইতনা চৎখি। ( রজনি-বসন্ত রান্না নিঙমদনা য়েংহুনা লৈহৌই )

রজনি—নেত্রজিৎ, নংগী খুড়া তোম্পোক চৎখরে ননিং থুংলেদনা করি পেন্দবা লৈরি ?

নেত্রজিৎ—তোম্পোক মহাক অমা চৎখিবনসু ঐগী নিংবা থুংবা নত্তে। ঐগী পুন্সিগী অনিংবসে ওসি নত্রগা হয়েংমক পাং-থোকপা পাম্মী।

রজনি—নংগী পুন্সিগী অনিংবা হায়বদি সম্পত্তি খায়দোক্লবগী রারা ?

নেত্রজিৎ—মানি।

রজনি—অদুদি নমা ঐগী অরোইবা রান্নু তারো। নমা ঐনা হিংলিঙৈদদি নচিল-ননাও সম্পত্তি য়েন্নবা হায়বহুদি সুক-ওই

ওইবা য়ারোই। ঐনা লৈত্রবা তুংদা নখোয় নখোয়না অপাম্বা থৃদিংমক পাংথোকপা য়াগনি।

নেত্রজিৎ—অহু দি ঐস্ু ঐগী অনিংবদি পাংথোক্তবা য়াদে। ঐস্ু কোর্টকী মতেং লৌতুনা ঐগী ফংকম থোকপা সম্পত্তি তানবা ঙারে।

রজনি—য়াদি, নংনা থোকপা তৌরু।

নেত্রজিৎ—অহুবুদি ঙম্মী ঙমদে থংগাইত্রদো।

বসন্ত—নেত্রজিৎ, ইয়াম্বা রা হাযগে সম্পত্তি খরগীদমক্তা ইচিল-ইনাও কোর্টকী মমাংদা লেপমীন্নবা ইয়াম্বা পামদে।

নেত্রজিৎ—পামত্রবদি মতু থাক্তনবা থোরাং অমা তৌবনা কত্রা?

বসন্ত—থোরাং অদো তৌগনি; নংগী ননিং শোইদনা থুংগনি।

রজনি—বসন্ত।

বসন্ত—ইমা, ইমাগী নিংবা করিমত্তা কাম্বরোই; ইচিল ইনাও সম্পত্তি য়েন্নগদবা নত্তে। নেত্রজিৎ, লৌরি য়ুম্ফম সম্পত্তি হায়বসে মালেম ইমানি মালেম মানা পোকশিবনি ইমা মাবা য়োকপিরিবনি। অহুগুম্নবী ইমা মহাকপু তংখায় তানা ককৃতুনা ইচিল-ইনাওনা য়েন্নবা হায়বসে ইয়াম্বা পামদে। ঐখোয়বু য়োকপিরিবী কোনবীরিবী মালেম ইমাসে নংগী ওইরো।

নেত্রজিৎ—করেম্নরিবরা? হায়রিবহু অওইবমক্রা?

বসন্ত—পুন্সিদা মীমম্বা ওইদবা ঙাংবা নয়াম্বা নত্তে। হয়েংগী তুমিৎতা ঐনা থুৎকী শোই তৌহুনা মালেম ইমাবু নঙোন্দা শিন্নগনি। (চংখিবা)

রজনি—বসন্ত। (চংখিবা)

নেত্রজিৎ—হয়েং! (নোককেং তৌহুনা চংখিবা)

বিশ্রাম

অনিশুবা শরুক

# অহানবা উৎপা

## য়ুম ( রজনিগী )

মফমঃ—মাঙল

মতম:— নুংথিল

( সহদেব রাখল তৌদুনা হৃদংহন্দা চত্তুনা লৈ ; রঘু ইমুংদগী থোরকই )

রঘু—মামা, মখোয়গী ইমুং অসি নেত্রজিৎ নত্তনা কনামত্তা লৈহৌদে নেত্রজিত্তি কি শেংলি—থোরক্লগনি।

সহদেব—ঐ লাকই হায়রমত্রাও ?

রঘু—হায়রম্লে।

সহদেব—মাখোয়গী ময়াম্বগা মমাগদি কদাইদা চংখি হায়বগে ?

রঘু—লবুক্তা কুমথিমাম্লে।

সহদেব—করেদা—। নেত্রজিৎতা হায়রমগদবা রা থর হায়রম্লগা তম্না হনগ্রসি। অতুগা রঘু, নেত্রজিৎ অসি সহরদা ঐগী নাক্তা য়াম্না থুনা লাকনিংনবা রা থরা নংনা হায়জিল্লম্বা তারে।

রঘু—করি হায়না হায়জিনগদবা ?

সহদেব—মহাক্না স্নমতিবু পামজৈদনা।

রঘু—পাম্মী—খিত্তা নত্তে ; য়াম্না পামথ্রবা জাৎনি।

সহদেব—ঐখোয়গী ইবেম্মা স্নমতিনা নেত্রজিৎ বাবুবু য়াম্না তোয়না তোয়না হংগ্রে হায়বনচিংবা মপুক্লিংদা খোইরাংনবা পংহাই হেক্ হায়জিল্লম্বু খংত্তবরা ?

রঘু—ভাব ভাভরে।

সহদেব—ঐগী ইমাক নেত্রজিৎ অসিনবু সহরদা হোংগৎলক্রবদি মাগী মরল-মথুম পুম্নমক্ ঐনা পান্নগদৌরিবনি অদু ওইরবদি নংসু মচুম খরদি চাবা ফংলেদনা ?

রঘু—মতুবৃদি মশানা ভাবনি—নেত্রজিৎবাবু ঐগী মরুপ্নি। অদুগা মামনা·· ······ ।

সহদেব— মামনিদনা।

( মখোয় অনি ফাক্ ফাক্ নোকমিল্লবা ) চৎলু মমাগা মরাম্বগা হল্লকত্রিঙৈদা ঐখোয় চৎনবা তৌগৌস নেত্রজিৎ অদু খরা থুনা কৌথোক্‌লু।

রঘু— হোই। (হেক্ চংগে তৌবদা নেত্রজিৎ থৌরকপা উবা)

খোরক্লে মাম। ( নেত্রজিৎ ইমুংদগী থোরকই )

নেত্রজিৎ—মামা।

সহদেব—নিপামচা।

নেত্রজিৎ—করিনো কমদি ফম্বিদনা লেপ্তুনা লৈবীরিবা সিবু ? চেয়ারদা লেংশিল্লো।

সহদেব—য়ারে-য়ারে। মাম মঙোন্দা রা খর হায়রল্লগা চৎপ্লগনবনি

নেত্রজিৎ—করি রা ওইরবনো ?

সহদেব—রাবু হনজিন্ হনজিন্ অসুম হায়নচুনা লৈপিগদরা ? আ-দা হোংগৎলকপগী কিভম্ অদু করি খররে ?

নেত্রজিৎ—সম্পত্তি পুম্নমক অসি য়োম্থোক্ খোৎতোক্ তৌরে হায়রগা হোংগৎলক্কদবনি। ঐসু নহানমথৈ মচুগী থৌরাং তৌবা হোৎনবদা মামগী নাক্তা লাকপা ওমদবনি। ওরাং

ফুংখিল থবক লোইনা পাংথোক্লে। হয়েং নত্রগা হংচিন্তি মামগী মাক্তা লাক্লগদবনি।

সহদেব— নমাগীনমক্তদি মামগী য়ুমদা থোং লাওনা হাংদোক্লনা লৈরি। অদুগা নেত্রজিৎ, পোকমিন্নদবা নয়াম্বা শক কজবদুদি লোইনরকপা য়াদেকো। মাগী মশক চেক উবদা মামদি লাইমল তিলমল কাণ্ডিকো।

নেত্রজিৎ—নমাক লোইনা ভাব তাজরে।

সহদেব—ভাব তাগদবনি নং অণাং নত্রে।

রঘু—নেত্রজিৎবাবু, ঐগা লোয়ননা রা'রি শাগদবনু লৈ'রি।

নেত্রজিৎ - ক'রি রারিনো ভাই?

রঘু—আ ..........

সহদেব—নথে'য় নহাগী কান্নদবা রা'রেম থৌরেমজ্ঞ কে'ন্না, নিশা-মচা, য়ুম ই'খোল কয়া শিংলি? নেত্রজিৎ লুপা লি'শিং তয়া তরেংতা লোইনখরে।

হয়েং অয়ুক রেজিষ্টর তৌনগনি বয়না (advance) লুপা লিশিং অহুম থম্লে।

সহদেব—লৌ-শিংদি?

নেত্রজিৎ—কৌ লিংবা খোংপা লোইশিল্লুরবনিনা কুমসি চহি অসিগী মহৈ-মরোংদি চাহৌনবা হায়দুনা বক্কপ ওইনা থমগে ভাংন'রি। অদুগা ওক্লকপা চহিদা লোইনা য়োম্হোকে।

সহদেব—লিশিং কয়াদা থমগদৌরিবা?

নেত্রজিৎ—লুপা লিশিং কুন্থ.াদা।

সহদেব—লৌ পরি কুনবু লুপা লি'শিং নিফু কানবা ভাংনবা য়াত্রা?

নেত্রজিৎ—বস্থান থবনিনা কনানসু য়ানিংদে। চানবা য়োক্লোরুবদি লুপা লিশিং য়াংথৈ হেন্না শিংকদৌরিববু।

সহদেব—নংনা হৌজিক কংগে হায়না কংলবদা য়ুম ইংখোলগী লিশিং তরাতরেৎ অমগা লিশিং কুন্থ্রা অমগা লিশিং নিফু-তরেতনি। আ—সহরদদি নয়ুম-ইংখোল লৈবা শাবা হোৎ-নবদা লুপা লিশিং নিফু হেন্না চংখিগনি করি লেম্‌হৌহনা কদাইদগী শেলনা কারবার তৌগদৌরিবা?

নেত্রজিৎ—চহি অমা অনিদি মামগী মাক্তা থাংলগা তপ্না য়ুম ইংখোলগী থবক হোৎনরগা লোইরে।

সহদেব—হোই মতুম্ন য়াই। করে, মামা চৎলগে; নং হয়েং শোই-রবসু হংচিং লাকপদি শোইত্রেদনা?

নেত্রজিৎ—হংচিন্তি শোয়দ্রে।

সহদেব—মামা য়া হায়গে। মামগী ফিভমদি নংনা হেন্না থংলিবনি অহনা ইমাখোই নখোয় লাক্লগা চান থকুবা পোৎ-চৈ খৌরাং তৌরমনা লুপা চামনদি মামদা হৌজিক পিয়ুদনা।

নেত্রজিৎ—য়ানি মামা পারবিখো।

(নেত্রজিৎনা ফুরিংখাওদগী লুপা ১০০গী নোট অমা লোখোক্লগা সহদেবদা পিনা; নেত্রজিৎনা বেগ ফুরিংখাওদা হাপচিল্লিঙৈজা সহদেবগা রঘুগা মমিং থৎনবা)

সহদেব—অহুদি মামখোয় চৎনবা তৌরগে। রঘু. নংগা তাংনবি হায়বত্ত তাংনরো। ঐখোই চৎনবা তৌরসি।

রঘু—মামা, খোজাদ্দা লৈবীরম্মো ঐ খোকচররুগে।

সহদেব—ঐ লৈরগা কৈদোই?

রঘু—মাম অমা তাব তাখিল্রে—।

সহদেব—তাব তাইনে। ওসাই ঐখোয়না গাড় তোংথংলমদাইদা নংগা সুমতিগা তাংনরকপা রাকমচুগী নক্সনে? (নেত্রজিৎ হল্লাওবগা ইকাইবগা য়ান্নবা)

রঘু—হে রা,—মামা চংতুম চংলম্মো।

সহদেব—চংলে-চংলে থুনা খোরকউকো। (চংখিবা)

নেত্রজিৎ—তাই, সুমতিনা করি হায়রক্লবা? (রঘুনা নোকমী-নোকমী তৌহুনা নেত্রজিত্তা য়েংহুনা লৈবা)।

হায়ওম্মী—তাই।

রঘু—রা-বু পাক্ পাক্ হেক্তা হায়বা য়াবরাও?

ঐনা তমগদৌরিবা পাও অসিদি মমল নাইদে। অদুনা রত্তিক চাক্রবসু মমল থরা হান্না পিয়ু।

নেত্রজিৎ—মুংতাইথিল্রে. নং অমা।

(কুরিংখাওদগী লুপা ১০ লৌখোল্লগা) খে লুপা তরাসে লোরোসে। (লুপা তরা রঘুদা পিবা)

রঘু—হো, অদুম্না রা থংগু হায়বনে।

নেত্রজিৎ—অদুবু তম্মোদনা পাও অদো।

রঘু—পাও হায়ববু করিসু নত্তে। ইবেম্মা সুমতিনা বাবুখোয়বু কৈদৌঙৈ সহরদা হোজংলকদগে হায়দুনা হংবসিনা ঐ থুক্ষম থংত্রবনি।

নেত্রজিৎ—শোইত্রবরা রঘু?

রঘু—ই-য়া। ঐনা বাবুদা কাপী তৌরগা করি কায়গদৌরিবা? বাবুখোয় হোজংলকপগী রাসিদি হংদি হংত্তে। অতৈদি

থংদে, অদুনা বাবুখোয় থুনা হোজংপিরক্লো। বাবু-ঐ চংচরে-মামনা শাওরম্নমি। (চেনখিবা)

নেত্রজিৎ— রঘু! রঘু! হুম, চংখ্রেদো। ই.. ই...ই (সুমতিগী দুংশি রাখলদা ওহাক ভাওহুনা কোইচং চংপা)।

থম্মোইগী সুমতিনা ঐবু তত্তনা হংজি হায়বা! অদুনদি হয়েং নত্রবসু হংচিন্তি ঐ সহরদা চত্তবা যাদরে।

(মতম অসিদি রজনিনা মাং থাহুনা বসন্ত লবুক কুমলুবা হল্লকপগী ফিভম ওইনা চংলকই নেত্রজিৎ মপান্নোমদা চংকে তৌই)।

রজনি—নেত্রজিৎ ভায়খো নং ইমাগা য়া থরা ভাংনখিসি।

নেত্রজিৎ—ঐ থবক য়াম্না চিন্নি হায়গদবা য়াদো পরপ পরপ হায়রো।

রজনি—নংবা থবক চিন্নি হায়ববু লৌ-ইংখোল য়োনবগী থবক্লা?

নেত্রজিৎ—ইমাখোয়সু তারবরা?

রজনি—তারে।

নেত্রজিৎ— তারবাদ য়াম্না করে। (চংকে তৌবা)

রজনি—ভায়খোনে।

নেত্রজিৎ—করি অমুক হংখিগদবা লৈরিবগে?

রজনি—ইমানা নংবু লৌ-ইংখোল য়োম্থোকপা হায়বসি তৌদুনু হায়দুনা থিংবসি য়াররোইদরা?

নেত্রজিৎ—ঐনা ইরৌ-ইশিং য়োম্থোকপদা কনাগীসু থিংবগী অধিকার লৈতে।

রজনি—অদুদি অত্তোপ্পা ভায়বা হায়বসি ইয়ামক্ য়াররোদইরা?

নেত্রজিৎ—ঐখোন্দা তাননিঙাই শুক্লে লৈতে। ঐনা কৈ হায়না খঙবদো করে। রা অতৈ লৈতে।

বসন্ত—নেত্রজিৎ, ইনাওদি মৈ ঈশিং সুংশিৎ চংত্রেনা!

নেত্রজিৎ—ঐগীদি শেংনা হায়রিবসিনি লৌমী ওইবগী থবক অসি ঐখোন্দা কয়া চুনদবনা সহরদা লৈছনা ঐগা চুমবা থবক থনা অমা তৌরগে হায়না লেপখ্রবনি।

বসন্ত—অছুবু ইয়াম্বদি লৌমী মচাশিদো।

নেত্রজিৎ—তাদবু সহরদা লৈবগী রাঁদি ঐদি হায়খিদেনা তাদা অছুম লৌমী ওইছনা লৈবীহৌ কৈদৌবগে?

বসন্ত—অছুবু অরাবদি নেত্রজিৎ, ইয়াম্বনা লৌমী মচা অমা ওইছনা ওনখোইনা লৈজগদগা অদুগুম্বা মালেম ইমা অছুদি মীগী ওইগ্রগনি। কদাইদনো ঐনা লৌমী মচা ওইবা ফংগদবা।

নেত্রজিৎ—করে, ঙাংনবগী ঙাংনবা রা অসে ঐসু মথাক থম্লরোই। সম্পৃত্তি পুম্নমক য়োম্বোক্লম্লে হায়রগা সহরদা লৈবা হায়বসে ঐগীদি অরেপ্পনি। অছুনা তাদসু তাদগী লগী অমা য়েংবিথরো।

রজনি—করি হায়বা নেত্রজিৎ, নয়াম্বসু মংনা চৎলো হায়না তাল্লি-বরা? থংঙু, নংনা নিংবা মতুংইন্না সহরদা লৈরুবা তারবসু নয়াম্বসু চৎকদবনি।

নেত্রজিৎ—ইমাগী অপাম্বনা ঐগী অপাম্বা নত্তে।

রজনি—অছুদি ......।

নেত্রজিৎ—মহাক্তি ঐগা লৈমিন্নরোই।

রজনি—করি রানো নেত্রজিৎ, নংনা সম্পত্তি রোম্বোকুনা কংগদৌ-
রিবা শেল-থুম অসিদা নয়াম্বগী হক করিমত্তা লৈত্রবরা ?

নেত্রজিৎ—লৈরম্মী ; অদুবু হক অদো হৌজিক্তি লৈত্রে। মরমদি
সম্পত্তি পুরমক ঐগী মিংদা লৈরবনি।

রজনি—নেত্রজিৎ ! অদুক পুকচেল পিকপা।

নেত্রজিৎ—থম্মোই অসিদা মুংশিবীবগী রাখল থরদং পোক্লরবদি
থরদং থারবীগদরা !

বসন্ত—নেত্রজিৎ, নংনা অদু রোনা পুকচেল পিরম্গনি খংঙদবনা
ইশা অমত্তনি থন্দুনা ইয়াম্বনা নঙোন্দা লোইনা শিররকবনি।
অদুবু অসিমদি খংঙ, ইয়াম্বদি মীগী থৌজাল পাম্বা মীমু নত্তে
অদুগা পোকপদসু লোইনরকবা শিবদসু পুগদবা নত্রবা
সম্পত্তিবু মীহৌবা মী অদুসু নত্তে। ইয়াম্বগী থম্মোইদা
মুঙাইতবা নিংঙমদবা হায়রবু পোকপদগী মচা ঐখোয়বু
রোকপি-থাক্পিরক্লবা মালেম ইমানা মীগী মমা ওইপ্রগনিকো
হায়রবগী রাখল অসিতনি।

নেত্রজিৎ—ঐগীদি মাংজোনমা খংহল্লিবসিনি মুম ইংখোল অসি
হয়েংদগী মীগী ওইপ্রগদবনি। ইমা, হয়েং মুমিদাংম্নাই
নত্রগা হংচিং অমুক্তি ঐখোয় চৎপা তারবনি।

রজনি—ঐবু নংগা লোইননা চৎপা। কনা মুংঙাই-মাইকবা
মুমসু ওইসনু সহরগী মরোলসু ওইসনু, মমা-মচা-মচিল-মনাওগী
মুংশিনবগী প্রেম মরিক অমা কাওবা পঙ্ঙবা শাগী লিচং
চৎপা পুকচেল পিরবা নংগা লৈমায়ৱনবগী মরুকপুদি নয়াম্বা

অসিগা লোইনবা পুক্সিচুপ্পা লৌরি ময়াদা তুহ্না থাংজগে মহ্না নমা ঐগী অপেনবা সুংঙাইবা ওইগনি।

নেত্রজিৎ—করে, কৈদোবগে মহ্নহম থোইনা হেনা ঐগী য়াই শংলে।

বসন্ত—নেত্রজিৎ

নেত্রজিৎ—ইমানি কোনকম্ থোকপরা হায়না থনজবদগী অতুক নিংশিংজবনি। ঐগীদি অওইবতা হায়গনি ইমাগী সুংঙাইগদবতা য়েংহ্না লৈবীনিংবা মকমদা লৈবীবা য়াগনি।

রজনি—নহাক অসি ইপুকগী তাবা ইচা ওইরবম্ নংগা লৈমীয়রগা স্বর্গগুম্বা সুংঙায়নি হায়রবস্ নমা ঐনা নংগা লৈমীয়গনি হায়বদি মংদস্ থল্লুগনু। চরা নমা হেল্লবস্ লখীগী চাকনিবগা পান্দম ওইরবা নয়াম্বগী মরুম খুপ্পনা পুক্সিচুপ্পা লেনগনি। তুরানবা, শাগী লিচৎ চৎপা নং সুংঙায়রো নং পোল্লো। বসন্ত, ইমা ইচা গুসিদগী হৌনবু য়ুম অসি থাদোক্নুনা চৎলসি। শা অসিগী মনাক্তা নমা ঐ মিৎনকুপ্পা অমা কাওবা লৈনিংদে।

নেত্রজিৎ—শা ঐগী ইনাক্তা লৈনিংত্রবদি ইশানা থংনা চৎহৌবনা ফৈ। নত্রবদি য়ুমসিদগী ঐনা মী খুদিংমকপু তাদোকপা ওবগী ঐগী অধিকার লৈ হায়বস্ থক কাওগনু।

রজনি—নাংনবুদি ওমদবদি। তাম্থোকপদা নত্তে নংদি নমাবুস্ হাৎপা ওমগনি, নয়াম্ববুস্ হাৎপা ওমগনি। বসন্ত, লাও ইমা ইচা চৎসি।

বসন্ত—ইমা, বাথল অদো লাক্লে। নেত্রজিৎ ইনাওমি অঙাংনি মহাকা মায়বীগনু। মহাকপু থাদোক্লম্লগা ঐগা লোইননা চৎপগী বাথল অহ্ তৌবীগনু।

রজনি—বসন্ত।

বসন্ত—ঐবু হেক পোকপিরম্বা ইমাগী চেংলৌ-শক খংজহৌত্রবা ঐনি। ইমা নহাকপু ইমামক্তি খল্লুনা লৈজরকপনি। ঐবু মী ওইনবা কোনবীরকপদি ইমা নংনি। ইমা নহাকী লমনদি মপোক মপোক খুদিংদসু নচা ঐনা শিংজবা ওম্মরোই-দবনি। অদুওম্নবী ইমা নংনা লাইবক থিবা নচাবু পুল্লিচুঙ্গা কোনবীগে হায়রবদি নচাগী করাদা লাইবক কপ্রবা। অনুক লাইবক ফববু করম্বা লাইনা তম্বীরমগদগে।

রজনি—বসন্ত।

বসন্ত—ইমা নংগী সেবা কংজনিংদবা অমদি নহাকপু মীরাইবগী রা নত্তে। নেত্রজিৎতি ই-খেগৎলকপা নহানি পুকচেল লেপ্পা ওমত্রিবনি, ইমানা মাবু থাদোক্লবদি কনাননো মাবু রারক রা-তেম্বীগদবা। মহাক জ্ঞান্ তারকপা য়াই পুকচেল লেপ্পকপা য়াই। মদু কনা ওইদুনসু মাবু থাদোক্লুনা ঐগা লোইননা হেক চৎথিবদা মীরা ওাংনবা মীশিংনা ওাংনগনিদো করম্বা মমাগী থম্মোইনো মপুক্তগী তাবা মচাগদি লৈমীরত্রেঙ্গুনা হায়র-নচিংবা রা কয়া কয়ানা ইমাবু বদনাম পিরকনি। মদু নচা ভাদুনা থাংদুনা লৈবা ওয়োই। ইমা, (রজনিগী মখোং পায়রগা) মখোং পায়দুনা হায়জরি নেত্রজিৎপু থনত্রে হায়রগা ঐগা লোয়ননা চৎপা হায়বদু তৌবীগনু। অজাওবা, লময়েনবা মচাগী মমজদি মমা-মপা ওইবনা খোইনা হেন্না রাকম খোকপনি, হুংশিকম খোকপনি। ইমানা মচাকপু থাদোকপিবা তৌবীগনু।

রজনি—বসন্ত—।

বসন্ত—রা মথা তাবিরগনু ইমা।

( রজনিগী খুজেং পাররুনা নেত্রজিৎকী মনাক্তা পুশিল্লগা )

নেত্রজিৎ, নং ইমাবু লুনা-চ'ম্না তৌকো। ইমাগী মপুক্কুং লুংতাই রোইদোবা থবক অমত্তা নং তৌগনুকো। ইমাগী মিংতা পি তাহগনুকো নেত্রজিৎ। ইমাবু নঙোন্দা ঐনা শিন্নরম্লিবসিনি।

নেত্রজিৎ—ইমাগীদমক্তদি তাদনা করিগুম্বা রাবিকম থোক্কে। ঐগু ইমা মশক খংদবা মচাদি নত্তে।

বসন্ত—লুপ্তাইরে পেল্লে। নেত্রজিৎ, ইয়াম্বনা নঙোন্দা অসিমগুংগা হায়রনিংঙি মতুদি নংবা য়ুম ইংখোল য়োংম্বোকখিবদা ইয়াম্বা করিনু হায়দে। অতুগা লৈখিত্রবা বাবানা থনম্বা, পিশক পিক্রিতৈদগী মাগী মতম্বাক্তা ওনথোইহনা চাওরক্লবা ইমা শক্লবী মালেম লবুক শিং অসিদা মমল লৌহনা ইমাবু মীঙোন্দা য়োম্বোক্তুনা মীগী মমা ওইহখিগনুকো, মসিতনি ইয়াম্বনা নঙোন্দা হয়া হয়া পাওমেল্লমগদবা। ইয়াম্বা চংলগে। ইমা, মতা চংলগে ইনাও নেত্রজিৎপু লুংশিনা চান্না কোনবিয়ু-কো। ( রজনিবু খুরুম্নগা চংখিবা )

রজনি—( কপ্লবা ) বসন্ত—

( নেত্রজিৎ নোকমী নোকমী তৌহনা লৈহৌই )

# ২ শুবা উৎপা

## লম্বী

মফম :—খুল্লক　　　　　　　　　　　　　　　　　মতম :—অয়ুক

( তোম্পোকনা অন্নম লাকপদা কালুগা ওন্নবা )

কালুনা—খুড়া ।

তোম্পোক—কালু ।

কালু—খুড়া, নেত্রজিৎকা মমা রজনিগা সহরদা হোঙ্গৎখরে হায়বসিবু অচুম্বরা ?

তোম্পোক—হোঙ্গৎখরে হায়না তাই ; 'ঐস্থ থা অমা হেল্লক্লে মাখোয়-দগী থোরকপা মরোল অকুপ্পদি অতুক মুম্না খংত্রে ।

কালু—ঐনা তাবদি বসন্তনা সম্পৃত্তি পুম্নমক মনাও নেত্রজিত্তা লোয়না পিথোকখরে হায় ।

তোম্পোক—পিথোকখরে । মচিল-মনাও মক্তা পুকচেল অসি য়েনা খেন্নবসি মখোয় অনিগী মফমদা উবসি মতায়রি ।

কালু—মতুং তা-বসন্ত অসিবু তাওবরা করিনো, অতুক য়ামগ্রবা সম্পৃত্তি অদুদগী মাগীনি হায়বা শিংতুম অমগী মান লৌহৌত্রিবসি করি মরমগীনোনে ?

তোম্পোক—অসিনিদনা পুকফবা মীগী শরুক থুংদে হায়বদো ।

কালু—হরিশ্চন্দ্র মহারাজ শারিতৈদা লম্বীগী চাকনিবদগী হেন্না তোন্না লৈরেদনসে ।

তোম্পোক—কালু, পুকচেল ফজবা অকবা মীদি লেমনা মাংবা য়ারোই । মী অমা ওইনবগী লম্বীদো মাগীসু ঈশ্বরনা মরাইনা পিজরকনি ।

কালু—অদুবু খুড়া ঈশ্বরগী থৌজাল ওয়বসে মতম কুইনা চংলিনে। হৌজিক্কী মতম অসিদিনে মপুক ফত্তবা কাতু কারল ত'বা মীভনা মুংঙাইরবনি অফবা মীদি মী ওইত্রবনি।

তোম্পোক—কালু, ওসি খুড়া রা অমা হায়গে—উৎ-পাৎ তৌদুনা মুংঙাইনা লেম্না কংবা শেলদি খুম্বা তুংদবনি পাপকী শেলদি পাপ্পা লোইগদবনি অদুগা লম্বী চুম্না তঙবা হুমাং মমলদি লেংদবা লন ওইদুনা অদুম লৈগদবনি।

কালু—হোই, ভাদা বসন্তদি মহে মশিংদা আ-য়োনা হৈত্রবসু চৎনবা য়ানা থরমখৈ হৈক্তৌবনিনা মরৌ-মশিং লৈত্রবসু অদুম মপুন্সি লেনবা ওমখিগনি। অদুগা খুড়াদি অহল মতমনগা ওইশিন্নকপনে করম হায়না লেমহৌবা পুন্সি অসি লেমগদৌরিবা ?

তোম্পোক—কালু, ঈশ্বরগী লিলানি। মহাকী থৌজাল নত্তনা ঐখোয় মীওইবনা করিবু ওমগদগে? করিসু লৈত্তবা ঐগী য়াদি থাপ্পা থমথরো। ঐখোয়গী খুল অসিদা নিংথৌগুম্না পাল্লম্বা বসন্ত ওসি করি ওইরে। মাগুম্না তোনথা মীবু খুল অসিদা অনি গুরমখিগদরা?

( মতম অসিদা বসন্ত খবর অমা পারদুনা লাকই ) বসন্ত—।

বসন্ত—খুড়া কমদৌরি, খুড়া করি করি থবক ইথাং গুরি?

তোম্পোক—করি তৌরুনি মীগী লৌউবা শিংউবা থর য়াও চীংদা কাদুনা শীং চনুরগা মহ য়োল্লগা কংণ্ডকপা শেলনা পুন্সি অসি হিংবা ওয়নবা হোৎমরি। ঐগীদি লাইরি নংবু করম তৌরিথগেনে?

বসন্ত—ঐনা করি অমুক শৌনা থোকদগে। খুড়াগুম্না ঐসু লৌমী মচা অমনি। নোংম-নোংগী ঈশ্বরনা শিরকপদো মচু চাহুনা হিংলি।

তোম্পোক—লৈবদি কনাগীদা লৈরি?

বসন্ত—নিলমনি হেডমাষ্টরগীদা মতম খরগী দমক্তা লৈরি। য়েংশোই খুড়া, ওসিগী থাবরসিদা পাও অমা তারি মসিহুম লাইবক য়েংলুসিরা?

তোম্পোক—করি পাওনো?

বসন্ত—আ-সংরদা ফেক্টোরি অমগী থবক শুবা মী অহুমগা কেরানি ওই মেনেজর ওইনা তৌবা অমগা লৌগনি হায়রি।

তোম্পোক—তোলোপতি কয়া?

বসন্ত—থবক শুবা মীগীনা থাদা লুপা ১২০ অহুগা হৌজিক্কী অমহুনা থাদা লুপা ১৬০ নি হায়।

কালু—তা-বসন্ত ঐসু চংকে।

বসন্ত—কালু, নংদি নয়ৌ নশীঙ লৈরিবনি নংদি করিগী চংনিংলিবা? করিগী মীশী থদাং মথা থাহুনা নপুন্সি হিংনিংলিবনো। নখোয় ঐখোয় লৌমীশী পুক্সিদগী তেম্না ফুংঙায়বা করি অমুক লৈরিবগে? ইশানা শুক্সরগা ইশানা চাজবনি। মীশী থবক শুরগা ফংবা শেল হায়বসিদি মীচোম্দগী নিহুনা চাবনি। খুড়াগা ঐগতবু ইরৌ ইশীঙ লৈতবগী অংক্ পংথম থম্নবা হায়বহুনি। চংলু তানিংদে রাফমসিদা নং য়াওগনু।

কালু—ফজ্রগা তোকলেদনা। খুড়া ঐ চংলম্লগে

তোম্পোক—চংলো চংলো। ( কালু চংখিবা )

বসন্ত নংনা হৌদোরক্লিবা ৱাকম অসি কমদৌসি হায়বা ?

বসন্ত—হৌজিক্কী থাদা লুপা ১৬০ চাবা থবক অছুদি মেত্রিক পাশ তৌরবদি য়াগনি হায় ; অছুনা মাছুগী থবক অছু নচা লাইবক য়েংলগা অছুগা খুড়ানা থাদা লুপা ১২০ চাবছুদা লাইবক য়েংসিরা। করি হায়রবগে ?

তোম্পোক—ইচাসিদি নংনা কৈ হায়রগা লোইরে।

বসন্ত—অছুগা খুড়া, ৱা অমনা থবক অসি পুল্লপ কংলবদি করে অছু নত্রত্তনা অমনা কংলগা অমনা কংত্রবদি থবক অসি তোকপা তাই।

তোম্পোক—খুড়াদি নংগী নতুং ইনগদবতনি। করিস্নু হংকম লৈতে।

বসন্ত—করে খুড়া লাইবক য়েংলুবা তারেদো ?

তোম্পোক—চৎপনা কৈদৌঙৈ ?

বসন্ত—হয়েং অসি অয়ুক অঙনবগী গাড়িদা চৎপা তারে।

তোম্পোক—অছুদি হয়েং অসি ঙন্না হেক্তা খুড়ানা হৌরক্লগে।

বসন্ত—করে। অছুদি হৌজিক খুড়াদি কদাইদা ?

তোম্পোক—ঙরাং শীং থরা য়াম্দুনা থনম্বী মছু অমুক্তা হোল্লুগে তৌবনি।

বসন্ত—অছুদি ৱারি শানা শানা অছুম চৎলসি।

তোম্পোক— করে। ( মখোয় অনি চৎমীন্নখিবা )

লাইট ওফ

# ৩ শুবা উংপা

## য়ুম (সুরেন্দ্রগী)

মকম :– মী কম্লনবা কানি ; মতম :—নুংথিল

চেয়ার অনি অহুম থারি টেবিল অমনু লৈরি সাইদ টেবিল মচা অমদা কোননু লৈরি টেবিল মথক্তা ফাইল-লুংনচিবা চে-লুং মুগ-কলম লৈরি ; সুমতি চেয়ার অমদা কম্লহুনা লাইব্রিক লাইও য়েংহুনা লৈরম্মী ; রঘুনা সুমতিদা রাদি হায়নিংলগা হায়বা ওমদহুনা লৈরম্মী )

সুমতি—রঘু ।

রঘু—ইবেম্মা

সুমতি—ফেক্টোরিদা চৎলগা নংগী নথৌদি শুরুগে হায়ত্রহুনা করি তৌরিবনো অসিদা ।

রঘু—ঐখোইগী বাবুনা ওসিদি ঐরু থবক শুবা চৎলনু ওসি ইন্টরভিউ তৌগদৌরিবসিগী থবক ইংথাং থর রাওহুনা লৈয়ু হায়রি ।

সুমতি—অহুদি ঐ থংদেদনা। করে করে । চৎলু চা লোইরবরা য়েংলু কপ্ অমত্তং লৌরু ।

রঘু—কনি অহু ইবেম্মা রা অমত্তা……… ।

সুমতি—হায়রু করিনো ?

রঘু—( রা হায়বা ওমদবা ) চা লৌজরুথিগে কোন্না হায়জরগে।

( চংখিবা )

সুমতি—করিনোনে মসিবু ?

( মতম অসিদা কোন্ লাকপা )

[ সুমতি কোন্ লৌখৎলগা ]

ডবল কোর·············মানি, মানি, ডবল কোরদগীনে। কদাইদগীনো তৌবীরক্লিবসিবু।···············সেক্তেন জিরোদগী ······। ও—I করি তাকপিংদবা?·········।

পাবুংদি কি-শেৎলি·········। কনি গুহাক ( মতমসিদা রঘুনা চা পুথোরকুনা টেবিলদা থম্মী ) লৈরগা লেক্তেন জিরোদা তৌহনজরক্কে।

········· O.K. ( কোন্ থম্বা )

রঘু—ইবেম্মা চা লৈরে।

সুমতি—করে। ( রঘু রা হায়নিংবা; হায়বা গুমদবা ) রঘু নংনা হায়গে হায়বহুবু করি রানো?

রঘু—আ ইবেম্মা, গুসি মী থর লৌগদৌরিবসিদা ঐগী মরুপ মপাং অমত্তা থবক কংহনবীয়ু।

সুমতি—পাবুংনা খনগদবনি। পাবুংদা হায়য়ু।

রঘু—অহু ইবেম্মানা পাবুংদা অমুক্তা·········।

সুমতি—নংনা হায়বদি করি তৌই?

রঘু—করিস্ত তৌদে। অহুদা·········।

সুমতি—ঐনা হায়ববুদি নংনা হায়বনা হেন্না থোইনা পাবুংনা কুংশিবীগনি নং হেক হায়জৌ। ( সুরেন্দ্র সুইট টাই তৌহুনা ইমুংদগী থোরকই )

সুরেন্দ্র—রঘু।

রঘু—বাবু।

সুরেন্দ্র মখোয় মী কয়া লাক্লে?

রঘু—মখোয় মী মরি মঙাদি লাক্লে।

সুরেন্দ্র—মখোয় দরখাস্ত থারকপা মী কয়ানো হৃপীমচা?

সুমতি (ফাইল য়েংলগা) মী মাপলনি পাবুং। পাবুং, সেভেন জিরোদা পাবুংবু কেন্ অমুক্তা তৌবিরকউ হায়বনি। অথুবা পাও অমগীনি হায়।

সুরেন্দ্র—সেভেন জিরোদা

(ফোন্ পাইখৎলগা) সেভেন জিরো।

রঘু—বাবু।

সুরেন্দ্র—অমুক্তা ভাইখো। মানি; ঐনি। করি হায়বগে?......

..... কোম্পেনিগী মী অমা লাকই হায়বা!.........ফরে-ফরে য়াম্না থুনা লাক্লগে। থম্মগে। (ফোন্ থম্লগা) নিপামচা ইপা অরুবা থবক অমা চৎপা ভারে।

সুমতি—কদাইদনো?

সুরেন্দ্র—বোম্বেদগী কোম্পেনিগী রিপ্রেজেন্টেটিভ অমা লাকই হায়। চত্তবা য়াদ্রে।

সুমতি—অদুগা ইন্টরভিউদি কয়ানা তৌহনগদৌরিবা?

সুরেন্দ্র—নংনা তৌহৌরবসু য়াবদ্রবু। মাগী মাগী মেরিট্ মতুং-ইন্না অকবা থবক্তা কান্নগদবা মীশকশিং অদু থন্দুনা লৌরগা লোইরে।

সুমতি—অদুদা.........।

সুরেন্দ্র—নত্তে নংগী করম্বা চৎকদব থবক লৈবগে?

সুমতি—থবকপুদি অরুবা করিসু লৈতে অফিসসু ছুটিনি।

সুরেন্দ্র—অদু ওইরবদি নং লৈহৌরো। ইপা কোম্পেনিগী মী লাকই হায়বসি উনহৌদ্রবদি য়াম্না অকায়বা ওইবা তারে। ইপা চংলগে।

সুমতি—ষরে।

সুরেন্দ্র—রঘু, ঐ চংলে।

রঘু—ফনি বাবু। (সুরেন্দ্র চংখিবা) ইবেম্মা হৌজিক্কি মী খনবগী থবক পুম্নমক ইবেম্মদা শিন্নরম্লবনিনা। ঐগী মী অদু শোয়দনা থর খনহিয়ু। ঐগী মী অদুগী মমিং মথাদি অসিনি। (মিং ইবা চেজেং অমা সুমতিদা পিবা)

সুমতি—রঘু নংগী মীনি হায়ত্তনসু মতিক চাদ্রবদি ঐ লৌবা ওমলোই। কারদবা রানি। ঐ ওয়োই।

রঘু—ইশ্ ইবেম্মা, ওন্থোক্লা ধর্ম্ম লৈতেদা।

সুমতি—কর, ঐবু ধর্ম্ম লৈতে হায়বা ধর্ম্মগী লম্বীদা অফবা মতিক চাবা মীশক য়েংহনা থবক তৌহনগনি হায়বা ঐ ধর্ম্ম লৈতবা তাহল্লবা অদুগা অফবা-ফত্তবা থংদে নংগী মীবু হাপ্পু হায়রিবা নংনা ধর্ম্ম লৈবা ওইবা তারিবরা? কারদে রঘু মতম থেংনবনি মখোয় অরাকপা মী মন্ত্রী-মন্ত্রা অদু ইন্টরভিউ তৌথোক্লসি ঐনা হায়বা মীশকশিংছু মথং মথং ওইনা থাজিল্লকউ।

রঘু—ফনি, ইবেম্মা।

সুমতি—(কাইদ য়েংলগা) ডাশেপম বোরোবু কৌশিল্লকউ।

রঘু—ফনি। (মপাল্লোমদা য়েংলগা) ডাশেপম বোরো! হো ডাশেপম বোরো লাকপরা? বোরোসিং? ইবেম্মা, বোরো হায়বছুদি লাক্রমাল্লে, অমা অমুক হায়রিয়ু।

সুমতি—বোরো লাক্লবা। মাইম্নাম কোন্দুম...।

রঘু—মাইম্নাম কোন্দুম! মাইম্নাম কোন্দুম! মাইম্নাম কোন্দুম হায়বদো লাকপরা? কোন্দুম! কোন্দুম! (কোন্দুম চংলকই) অমুক কৌবদা তাদবরা?

কোন্দুম—ঐবু ওইরবরা?

রঘু—নমিং কোন্দুম কৌরবদি ঐনা কোন্দুম হায়না কৌরক্লবদি করি হংনিংঙাই অমুক লৈ?

রঘু—চংশিল্লকুনা করিনো নংবু উরা-হুমদাং খিহুনা লৈরিবসিবু চেয়'র হায়বদি চৌক্রৌদা কন্মু হায়বনিনে (চৌক্রৌদা কোন্দুম্বু কমহনবা)

কোন্দুম—ঐ ভাব অমা তাজরুদ্রে।

রঘু—অদুক্ ভাব তাদবা নংনদি করিগী লাক্লিবা? ইবেম্মা মসিমা ফেল ওইরে।

সুমতি—(নোক্লুনা) ঙাইখো-ঙাইখো। (কোন্দুমদা) অদোমগী মিং কোন্দুম কৌবরা?

কোন্দুম—কৌজে।

সুমতি—অদোমনা ঐখোয়গী কেক্টোরিগী থবকসি তৌগে হায়রিবিরি-বসিবু করি মরমগীনো?

কোন্দুম—লুপা কংগনি হায়রবতুদা লুপা পামজহনা...।

সুমতি—অদোম মসিগী মমাংদা করি করি থবক তৌবিরক্লে? অচুম্বা অচুম্বতা খুমীয়ু।

কোন্দুম—করিনম্বা তৌজরক্লু।

সুমতি—মমগী থবক ইংখাংদি?

কোন্দুম—ইমাগা পাজিগনা খুনগী থবক ইংখাং খর ভৌ হায়দ্না য়াম্না ভাংঙি অদুবু শেল কংভোয় খল্লুবদা নোংমত্তা শুমাংরাই ফাওবা শিংলকত্রি, শীং-চরা অমা ফাওবা থাম্বরক্লে। ঐগী ইথৌ হায়ববু চার তুম্ম কোইর ভৌবত্তনা ঐগী ইথৌনি।

সুমতি—হকচাংদি কবিবরা? অওইবত্তা খুম্বীয়ু।

কোন্দুম—ইবেম্মা শেংনা হায়জরবদা হকচাংবুদি হেক শিবা য়ানদি না-য়েকপা তেদে মরক মরক্কা অরুম লাইহৌদ হেক-হেক ভৌই।

সুমতি—লাইরিক লাইগুদি কদাই ফাওবা…?

কোন্দুম লাইরিকী রাদি য়াওদ্রে। মপি লাইরিক ফাওবা লোইনা তমজরক্লে। করিগী তম্মকতবনো হায়বদা শেল লৈতদ্না তমদবা নস্তে। অঙাংপিশক ওইরিঙৈদা ইমাগা পাজিগনা নহে তখা চৎলু ভস্তা হৌগৎলু হায়দ্না হায়বদুদা ভস্তা হৌগৎপা তনুমনুবদগী অদুম ভোক্লবনি

সুমতি—অদুক য়াম্না তনবীরিবদি করিগীনো? ইমাখোয় বাজিখোয়না করিমত্তা চৈদ্রা?

কোন্দুম—চৈদে। অমত্ত-পোকপা মচানি হায়দ্না নোংমা নিনিদি মচা ঐবু পো পোদ্না স্কুল ফাওবা থিনবীরম্মী। অদুদগী ঐনা ভমদুনা অদুম ভোক্লে।

রঘু—ইবেম্মা, প্রভু অসিমক্তি খনগদবা মীশক্তি। ইবেম্মনা পাম্বা মীওইমক থোক্লেদনা।

কোন্দুম—( হয়াওনা ) ঐবু থবক হাম্বীরগদরা?

সুমতি—কোম্না থংহল্লকনি। চৎলো য়ারে।

কোন্দুম—ফগনি। অহৌদি ঐ চৎচরেদো।

সুমতি—হোই, হোই।

( কোন্দুম চৎখিবা ) রঘু তা ব্রমগী তোঙৌ কৌরকউ।

রঘু—ইবেম্মা, ঐনা হাযজবত্ত মীশক অসি'ন।

সুমতি—হোইদা।· কৌরকউ

রঘু তোঙৌ! তোঙৌ!

( তোঙৌ শরপ পরপ চেনশিল্লকই )

তোঙৌ—তা-রঘু ঐবু নত্রা হৌজিক কৌখিবহৌবু?

রঘু—মানি মানি।

তোঙৌ—থবকসিদা ফংহনবীয়ু। শেল অমুক হাপচাখিনিকো।

রঘু—( সুমতি ভাংম্মগনি হান্নবা পাখংতুনা )

করিনো হায রমহৌবু? চৎলু চৎলু ফম্লীবী মুপী অসিগী মনাক্তা চংশিল্লু।

তোঙৌ—( সুমতিগী মনাক্তা চংশিল্লগা ) নমস্তে ইবেম্মা।

সুমতি—নমস্তে। তোঙৌবু হেক উবদা মুন্না শক্তিক য়েংলগা অদোম্নাদ ঐবু খংঙমদবা য়াই; অদোমবুদি ঐনা অমুক উথিবগুম তোঙ।

তোঙৌ—( হন্নাওনা ) হোই, উবিরম্বা য়াই।

সুমতি—য়ারৌবিবা য়াদে ব্রা অমা হংজগে।

তোঙৌ—হংবিয়ু কৈদোবগে?

সুমতি—অদোম নত্রা নোংমা এডুকেশন্ অফিসতগী সাইকেল অমা লাক্লগা চেনাগ তৌরম্বদগী খংনরক্লুনা কোইতান্ তান্নহৌনা কাবহৌবু?

তোম্বৌ—( ইন্তাক ইন্তাক তৌদুনা ) আ……. .. ।

সুমতি—( খোল খর কয়া ) শেংনা খুদ্বীয়ু, নত্রনে ?

তোম্বৌ—মানি হোয় মচু অস্থম তৌবনি ……..।

সুমতি—করে, চৎখিবা য়ারগনি।

তোম্বৌ—অচুবু থবক্তী রাবু………।

সুমতি—চৎখিবা য়ারনি হায়রিবসিনি।

তোম্বৌ -ফনি চৎচরে। (খর চথোররক্লগা ) তা রঘু ; নংনা শোয়দনবা খর.. ……।

রঘু—( শাওনিংবোই ইকায়বোই ) চৎলো চৎলো হয়েং কোম্ন ঙাং-নরসি। ( তোম্বৌ চৎখিবা )

সুমতি - রঘু।

রঘু—ইবেম্মা।

সুমতি—নংনা পাকা হুরানবা অসিবু কদায়দগী খংনরুরিবনো ? হা ?

রঘু—ইবেম্মা, ঐদি মাগী মরমচৎ খংজরুদে।

সুমতি—ঙসিদি খংলেদনা ?

রঘু—হোই, খংজরে

সুমতি—( কাইল য়েংলগা ) বসন্ত তোম্পোক
( রাখল খননা ) বসন্ত তোম্পোক। মিং অনিসিবু . …….।

রঘু—কৈদৌরবগে ইবেম্মা ?

সুমতি—করিস্থ তৌদে। রঘু, বসন্ত হায়বসিগা তোম্পোক হায়বসিগা পুল্লপ, কৌশিল্লকউ।

রঘু—অমুক্তদা পুল্লপ ?

সুমতি—হোইনে ( কাইলনচিংবা য়েংদুনা লৈবা )

রঘু—( মপাল্লোমদা য়েংহুনা থর চখোক্লগা ) বসন্তগা তোম্পোকা পুল্লপ, অমুক্তা চংবীরকউ। বসন্ত তোম্পোক। তারবরা ? ( বসন্ত অমসুং তোম্পোক চংমিন্নরকপা সুমতিবু উবদ। মখোয় অনিমক ঙক্পা ) অসিদা কল্লিগী অসিগী মনাক্তা চংগীয়ু।

( সুমতিসু হেক য়েংঙকপা বসন্তগা তোম্পোকবু উবদা পুমঙক ঙকপা )

সুমতি—( হৌগৎলগা ) নমস্তে।

বসন্ত—নমস্তে। ( রঘু পুমঙক ঙকপা )

সুমতি -চেয়ারদা লেংশিনবীয়ু।

বসন্ত - কনি। থুড়া ফমসি।

( বসন্তগা তোম্পোকা চেয়ারদা ফম্মী )

সুমতি—রঘু, চংলু চা-কপ, অহুম মরিদা থুনা শেমলু।

(রঘু জ্ঞান অমা তাদ্রে, চম্মনহনা চংখি) করি থবকী ওইরবনো ?

বসন্ত—ঐখোয় থবকীদমক্তা লাকচবনি।

সুমতি—ঐ ভাব অমা তাজবা ঙমদ্রে। অমুক্তা শুগায়না তাকপিয়ু।

বসন্ত—ঙকপিফম থোকই। অশেংবমক সাবন কেক্তৌরিগী মী থর লৌগনি হায়বছুগী মরমদা ঐখোয় থবক তৌজগে হায়দুনা লাকচরিবনি।

সুমতি—( য়াম্না ঙকনা ) করি য়ানোনে ?

বসন্ত—থনবীরিবদো অচূম্বনি। ঐগী ওইরম্বা কিতম অহুনা

ঙসি ফিভম অসিদা ওন্থরকপগী রারিস্থ ইবেম্মদা হায়হগে মচুগী মমাংদা রা অমত্তা হংজগে।

সুমতি— হংবিয়ু।

বসন্ত—ইবেম্মদি এডুকেশন আফিসকী Inspector of Schools নি হায়বিরগা সাবন ফেক্টোরিগী মী ওইনা অমুক…

সুমতি—অদোম্না ঙকপিরিবহুস্ত চুম্মী। ঐ অসি সাবন ফেক্টোরিগী প্রোপাইটর সুরেন্দ্র হায়বত্তনা পোকপনি।

বসন্ত—ও।

সুমতি—পাবুংহ্য থবক অরুবা অমা চৎখিহুনা মী লৌবগী থবক অসি ঐডোন্দা ঙসি শিন্নবম্বতনি।

রঘুনা চা-কপ্ অহুম পাযংনা খোরকই; টেবিলদা থম্মী

বসন্ত—পুন্নমক খংজরে। ঐখোযনা লাকংবিবসি ইবেম্মখোয়গী পাবুংগী ফেক্টোরিদা থবক তৌজগে হাযহুনা ল'কৃচ'রিবনি। ইবেম্মনা চথবিগদবা থবক অদো চথবিরো।

সুমতি—চা অমুক্তা কানখো।

বসন্ত—( চা-লৌবা ) খুড়া চা থকউ।

তোম্পোক—কনি ইবুঙো। ( চা-লৌহুনা থকই )

সুমতি—থবকী রাদি করিস্থ লৈতে। বসন্ত বাবুগা খুড়াগনা ঐখোয়গী ফেক্টোরিগী থবক তৌবিগে হায়বদি লাইবক ফবা রানি। অতুগা ঐগোন্দা ঙক্না খোক্লিবা রাকম অসিমঙদি শেংদোক্পিয়ু।

বসন্ত—ইবেম্মদা ঙক্না খোক্লিবা অচুগী মরমদা নোংমা নিংথিনা শেংদোকচগে। ঐখোয়না ঙসি লাকৃচরিবসিগী মরমদা ইবেম্মনা করি খনবীরবগে ?

সুমতি—মতুদা করিস্মু খন্নিজাই লৈতে। থবক অসি তৌরে হায়না লৌখিরো।

তোম্পোক—( হরাওনা )অঙৌবরা ইবেম্মা?

সুমতি—অঙৌবনি খুড়া। খুড়ানা তৌবীগদবনা থবক শুবগী থবক্তি অদুগা বসন্ত বাবুনা তৌবীগদবনা মেনেজর ওই করি ওই পাবুংগী মচুং শিন্দুনা ফেক্টোরিগী থবক পুম্নমক অশোয় অঙাম য়েংশিনবিগদবনি। অদুগা ফেক্টোরি অসি ইশামক্তীনি খন্দুনা চাওখৎনবা হোৎনবীগদবনি।

বসন্ত—মতুগীদমক্তদি করিমত্তা চিংনবীরুগদ্রু। এৌনা হৈজদবা হংজদবগীদি হায়বা ঙমজদে অদুগা থবায় হকচাং য়াওনা ফেক্টোরিগী চাওখৎনবা হোৎনজগনি।

সুমতি—য়াম্না নুঙাইজরে। অদুদি কোয়বা ওইনা ফেক্টোরি রোমদা লেংলুশি মত্তা চারবদি পাবুংস্মু লৈরমগনি। ফেক্টোরিগী থবক তৌওং পুম্নমকস্মু য়েংবিয়ু লেংঙসি।

বসন্ত—হগনি। ( মখোয় অহুম চৎথিবা ; য়ঘু য়েংহুনা লৈহৌই )

লাইট ওফ

## ৪শুবা উৎপা

## ( য়ুম সহদেবগী )

মফম:—মাঙোল মতম:—অয়ুক

( সহদেবগা নেত্রজিৎকা য়াম্না নিংবা কায়না চেয়ার অমমমদা ফমদুনা লৈরম্মী )

নেত্রজিৎ—মাম, তৌরিবা মওং অসি য়াম্না চুমদে।

সহদেব—মসে মামদা থোইনা দোশ তৌহ্ন নং ঐগী লাইবক্নি।

নেত্রজিৎ—মামা, লাংবক্তা ইস্তোক্লগা হেক্তা থাবরনে? লাইবক হায়বসে কর্ম্মগী মখা পোনবনি ঐনা তৌজবা কর্ম্ম অহুনা ঐগী ঐগী লাইবক ওইগদবনি মামনা থবক মওং চুমদনা তৌরুবদগী থোকখ্রিবনি।

সহদেব—নং ঐগী চাওখৎনবা ওইজনবা হোৎনকবনি। লাইবক থিজুনা মাংখরে। মসিদা নংনা ঐহোন্দা দোশ অহুক য়ম্না তৌরিবা কবিগীনো?

নেত্রজিৎ—অহুনি হায়দুনস্থ মামা লুপা লিশিং তরাবু থ্যাও লাওনা কংহনবদি হাকমল্লি হায়বনি। (মতম অসিদা রজনি ইমুংদগী থোরকই) মহুনা ইংখোল মচেৎ অমত্তং লৈশিল্লম্লবস্থ কান্নরমগনি।

রজনি—হুরানবা মতুংদা মৈরিংবগী রাহু তোক্রো। ঐ তানিংদে। খুদি থির থিরগা নং জ্ঞান তারকখিগনি নিপামচা। হৌজিকপু নকু নমাকপু করি তৌগে খল্লিবগে?

সহদেব ইচে, ঐ করিমত্তা য়াওজরবোই। ঐনা হৌজিক তৌগদবা হায়রবু মীওোন্দা পুথোকখিবা লুপা লিশিং তরামত্তা অহুতং লৌশিন্নবা হোৎনগনি।

রজনি—করি লুপা লিশিং তরামত্তাদি কনাদা করম তৌনা নখোয়না পুথোকখ্রিবা?

রজনি—মহুগীদি ইচে করিমত্তা নুংশা থিবীগন্থ। দেবেন ঠিকাদারদা পুথোকপনি। মাগী বিল হেক কংবগা মরাইনা পিজয়কনি।

রজনি—হ…হ…হ…ঠিকা হায়বসি মুৎপা হৌবা য়াম্না থুই হায়-নরিবনি করিগুম্বা নখোয়গী দেবেন ঠিকাদার অহুনা ঠিকা শেল মাংলে হায়রক্লবদি কমদৌনি।

সহদেব মানা মাংজবনি। ঐখোয়গী শেলদি করিনী মাংগনি। অহুগীসু মথক্তা দেবেন ঠিকাদার হায়বসি অয়ুক যাম্না পুকচেল পিকপা মীশি মাংনবা তৌবা মীশক নত্তে। ইজৎ লৈবা মীনি।

রজনি—নিপামচা, ইজৎ লৈবা পুকচেল চাওবা হায়বসে মীওইবগী অবস্থানা করিউগী য়ানি অবস্থাখোয়না কৎলকত্রবদা কনাগী ইজৎ ক্ষজব। করিমত্তা থংডক্লবনি শাদগী হেন্না পুকচেল পিক্লকপানি মহু থংনা হৈ-শিংনা চৎচৌ।

নেত্রজিৎ—মামা, দেবেন ঠিকাদাবদা লৈখিবা শেল অসিগী মরমদি ঐ করিমত্তা থংদেকো মামনা ফনি হায়বদগী ঐদি মামদা শিন্নজখিবনি। ঐদি মশক ফাওবা থংজদে। অহুনা মামনা য়াম্না থুনা দেবেনদগী শেল অহু লৌশিনবীনবা হোৎনবীয়ু। মহুগী শেনকমহুগা বেঙ্কতগী লুপা লিশিং মঙা অমগা লৌ-খোক্লগা সুরেন্দ্র বাবুগী সাবন ফেক্টোরিদা ঐ পাটনর ওইনা য়াওরগদবনি। মসিগী য়াকম অসি ওাংনহুনা লোইশ্রবনি।

সহদেব—সাবন কেক্টোরিগী পাটনর ওইবা হায়বা।

নেত্রজিৎ—মানি; দেবেন ঠিকাদারনা শেল অহু ওসি তরানি মঙানিগী মমুংদা পিরক্কবা খোক্লবদি বেঙ্কতগী লুপা লিশিং তরা উত্রো লৌবা তারিবনি।

সহদেব—ঐগী মিংদা ঠিকা লৌশি ভৌশি হায়বসি নংনা য়ানিংদ্রবরা নংনা য়াগদরা খনবদগী লুপা কয়া চংনা কনট্রেক্টরগী রেজিষ্টরস্তু তৌশিল্লুরে।

নেত্রজিৎ—মামগী ঠিকাদুস্তু লুপা লিশিং মগা অমা তরা অমনা অহুম হৌদোক্তুনা তৌবীয়ু। লপ্পী অনি অহুম থোক্লা শেল তানবদা করি অকায়বা লৈবগে ?

সহদেব—করে। অদুগা সাবন ফেক্টোরিগী য়াসিনা কনানা নঙোন্দা পুশিল্লক্লিবা ?

নেত্রজিৎ—নহান্দু মাখোয়গী ফেক্টোরিদা রঘু উনবা চৎপদা খুড়াইবুংঙো সুরেন্দ্র উম্নদুনা য়াকম অসি লেপ্পরক্লবনি। হায়দোক্লম্লবনিনা ওাক্লা চক্রবদি ঐস্তু ইজৎ অমা মাংগদৌরি।

সহদেব—খংঙে খংঙে, নংগী য়াহু ঐ খা য়ৌনা ভাব ভারে। তৌ, তৌ।

নেত্রজিৎ—মামনা ভাব অমদা চৎপীখরে।

সহদেব—মাম করিমগা চত্তে।

রজনি—থবক তৌবা শেল তানবা হায়বসি লপ্পী য়াম্না কাংলবদি নকোক্ চাওনিদা। তৌগদবা থবক অমদা নকু-নমাক্ চংদুনা নিংথিনা জ্ঞান তানা তৌবনা কনিদা।

নেত্রজিৎ—ইমাখোয়না খংবা য়া নত্তে।

রজনি—হোইদা, হোইদা। মতম অমদা নমা ঐগী চিন্থক্তদি তাহন-গন্নুকো। (চংখিবা)

নেত্রজিৎ—মামস্তু য়ারবদি দেবেন ঠিকাদার অদু ওসি অসি অমুক্তা উনবীরু। (মতম অসিদা রঘু চংলকই)

সহদেব—কৈ, ঊনরুগে। অতুদি মাম চৎলগে। রঘু, নং লাক্লিবরা?

রঘু—মাম। সহদেব চৎখিবা।

নেত্রজিৎবাবু, ঐ দষা অচৌবা অমা তারে।

নেত্রজিৎ—নংনা হেক লাকপা থৃদিংগী নিংথি-হুঙাইনা অমুক্তা লাক্তে। দষা মচা অমা তারেগা দষা অচৌবা অমা তারেগা অরাবা শিন্দ থাদহুনা লাকপা। চৎপ্রোশে।

রঘু—নত্তে নত্তে নেত্রজিৎবাবু, হন্দকী খোংকম অসিমত্তং কনবীত্রবদি ঐ ফেক্টোরিগী থবক তোকপা তারে।

নেত্রজিৎ—নংনা করি অরানবা তৌকহুনা ফেক্টোরিদগী থবক তোকদৌরিবনো?

রঘু অহুবুরা বাবু, হন্দক ফেক্টোরিগী মী খর লৌখিবহুদা নিপা অমা থবক হাপ্পীগনি হায়হুনা শেল খর নিপাহুদগী লৌথোকলুরে। অহুদা হুপাহুদি পাকাচর অমা ওইরম্লহুনা ঐখোয়গী ইবেম্মা হুমতিনা থবক হাপ্পীয় য়াত্রে। হৌজিক শেল অহু হন্দোক্ত্রবদি ঐ চোপ্পা তারে।

নেত্রজিৎ—মীগী শেল অদো হেক হন্দোকপ্রগা লোইরে। অহু করি য়ানিঙাই লৈবগে?

রঘু—মহুবুদি চুম্মী অহদা………।

নেত্রজিৎ—হন্দোকপ্রোদনা।

রঘু—শেল অহুদি ঐনা………।

নেত্রজিৎ—চাথোকথরে লোইথোকথরে নংনা?

রঘু—মানি বাবু।

নেত্রজিৎ—কয়ানো?

রঘু—য়ামদে। লুপা চামদনি। বাবুনা অমুক্তা উপাই তৌবীয়্ন।
ওসি পিগনি হায়দোকখরে। অহ্নুনা য়ুমদা লৈবা য়াদ্রহ্নুনা
বাবুগী নাক তায়্না......... ।

( মতম অ'সদা তোঙৌ লিচৈ মরু অমা পায়হ্নুনা ফিংনা চংওকই)

তোঙৌ ( শাগুনা ' রঘু, নংন ঐবু অঙাং মচাগুম্না ( রঘু 'কহ্নুনা
নেত্রজিৎগী মরুমদা থুপ্পা। ) শাম্ন'রবা করিগীনো ? নয়ুমদসু
চংলুরে অহ্নগা নংনা সিদা লোৎতুনা লৈরম্লি। কদাই ঐগী
শেল পিরো।

নেত্রজিৎ অমুক্তা তপথবিখো ।

তোঙৌ বাবু, মতু থ'দোকপ্লিরকউ। মহাক ঐবু শক খংদ্রবাল্লে।
ওসিগী কু'মওা মহাক ঐগী শেল অতু পিদ্রব'দি লিচৈ
মরু অ'সিমা মকোক অসি বেসোন ত'না থুগায়গদবনি।

নেত্রজিৎ—শাওবিখিগনু, ঐ রা অমত্তা হংজগে।

তোঙৌ—হংবিয়ু য়াগনি।

নেত্রজিৎ—অদোম্না করি মরমগী মাঙোন্দা পিগীরুরিবা ?

তোঙৌ—মরম হায়রবু মহাক্না থবক শুরিবা ফেক্টোরিদা ঐবুসু
থবক তৌহনগনি হায়হ্নুনা লৌশ্নিবনি।

নেত্রজিৎ—মহাক্তি চুম্নগী মীগী তোলোপ চাদনা থবক শুবা মীশক
অমনি মাবু করি থাজবা লৈহনা শেল পিরুরিবা ? শেল
পিরুরিবা অদোম্না হেন্না ওাওখরেনে।

তোঙৌ—ঐ করিগী ওাওগনি অহ্নগীসু মথক্তা লায়রপ্রবা মচা ঐ
অমনা মঙোন্দা হেক্তা শেল পিগদ্রা ?

নেত্রজিৎ—অহ্নবু পিরু'রিবসিবু করিগীনো ?

তোঙৌ—মহাক অসি চুমগী থবক ঙবা মী অমনি হায়বসি ঐনা খংঙমদে। ফেক্টোরিগী প্রোপাইটরনি হায়দুনা ঐঙোন্দা উৎ চায়দুনা নমথাক তৌদুন লৌথিৰনিনে মসিদা প্রান অসি প্রোক-প্রোক চাক্লবনি। ঐ শেলকা অমত্তা পামজদ্রে। খাদোকপিরকউ মকোক অদু থুগাররগা চৎচগ্রগে।

নেত্রজিৎ—ঐ রা হায়জগে। ভাব মেন ইত। তাদনা শেল লান-থোকদুরিবা অদোমসু লাল্লি অদুগা মতিক মগুল লৈতনা শেল পাম্বদগী নমথাক তৌদুনা শেল লৌরুরিবা মহাক অসিসু লাল্লি। অদুনা থোইনা ৱারোৰীনু ঙসিদি হনবিরো। মহাক্না শেল অদু পিদ্রবসু ঐ হয়েং পিজগে অয়ুক লাকপিয়ু।

তোঙৌ—অদোম্না দাই পুবিরৰরা ?

নেত্রজিৎ—হয়েং ঐনা পিজগে হায়রিবসিনি।

তোঙৌ—হয়েং অসি সিদা লাকচরগে। ঐ চংচরে। ( চৎকে তৌরুরগা অমুক মাই ওনশিল্লক্লগা ) অদুগা রঘু, নং ঐবু শক খংলেদনা ? ঐ তোঙৌ হায়রবদুনি। ঐঙোন্দা উৎ চায়রিবা অসেগুম্না মী অতৈদসু নমথাক তৌদুনা শেল তাল্লুগনু। কাওগনু ধন-লাগী প্রান থাই হায়বা রা লৈবান। খংঙবরা ? ঐ চৎলে। ( চৎখিবা )

নেত্রজিৎ—রঘু শেল পাম্মী হায়দুনসু মীশক মীওং খংদন' পংতৌ তৌরুগম্লুনে। নোংমা অরেম্বদা নথরাই মংদুনা তোক্লরনি।

রঘু—বাবু, ঐ খিরে মতুং মনাও তৌজররোই !

নেত্রজিৎ—লাও চৎসি।

রঘু—কদাইদা ওইরবনো ?

নেত্রজিৎ - নখোয়গী সাবল ফেক্টোরিগী প্রোপাইটর খুড়াইবুংঙো সুরেন্দ্র উনরুবা তারি।

রঘু—( নোক্নুনা ) হি-ই। মপা ওইরমদহুনা মচা উনবা ওইরমহুনা……।

নেত্রজিৎ—( নোক্নুনা ) হোয়নে হোয়নে। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু চৎশি লাও। ( মখোয় অনি তুংথ মাংথ চৎমিন্নখিবা )

লাইট ওফ

## ৫ শুবা শরুক

## ফেক্টোরিগী শরুক

মকম —মেনেজরগী কা'ন মতম :—নুংথিল

( বসন্ত হৈবোই হৈতবোই টাইপ তৌদুনা লৈরম্মী ; তোম্পোক চংলকই )

তোম্পোক—ইবুংঙো ! ( বসন্ত তাদে ) তারিবরা ইবুংঙো ?

বসন্ত—করি হায়গে খুড়া ?

তোম্পোক—মুমদা চাক্-ঈশিং চাবা হল্লরোইদরনে ? মতম অসি নুংথিল পুং অমা তাথরে।

বসন্ত—খুড়া ঐবু হৌজিক লোয়শিল্লমদবা য়াদবা থবক থর রাংলিনে।

তোম্পোক—হৌজিকপু করি থবক্নো ?

বসন্ত - টাইপ তৌবা কেরানি অদু লাক্তে। অদুদা ঐনা হৈবোয় হৈতখোয় মা মাদুনা হোৎনবসিদদি ঐস্ত হুমাং কাংলে। ঙসি ঐনা টাইপ ভৌথ্রিবা চে অসি কনা য়াম্লে। অদুবু লোইশিনবা ইঙম ঙমদ্রে।

তোম্পোক—অদু ইবেম্মা সুমতিসু মখোয়গী আফিসতগী চাক চাবা কুম্মক্লিমাল্লে। লম্বীস্ত তিনৈ ঐখোয়বু থিনবীরমগে হায়দুনা থোংগাম্দা ভায়দুনা লৈরি।

বসন্ত—করি হায়বা খুড়া ?

তোম্পোক—অচুম্বনে। মুপীমচা অমনা ইকায় ইকি থাদোক্না অমুক য়াম্না তানশিল্লক্লগা ইবুংঙোনা চেপ্পোকদবনীদা হোৎনরিবসিবু করিগীনো ?

বসন্ত—খুড়া অমা ভাব লৌশিনবা হৈবিখরে। মী অসিনা ইচম চম্না খল্লম্লবদি ঐ চোপ্লোদয়া ?

তোম্পোক—য়ে! মসিদা চোপ্পিঙাই রা সুক্লে লৈতে। ঐ অসে চহি ৬০ তানখৎলক্লবা মীশক অমনি। ঐখোয়স্ত অস্তম হন্নুনা পোকলকপা নত্তে। নহাগী ইরাং অমদি ইঙন খক্তিক্তদা য়াম্না মুন্না খংবা ঙাৎনিদা। ইবুংঙোদি চাওবংনিনা কর্মস্তা খংদ্রবা, ইবেম্মা সুমতিসে ইবুংঙোগী রাখলদা ঙাওনবনিনে ঙাওরবা।

বসন্ত—খুড়াসিনা ঙাংবা অমা। শে তুম্মীন লৈয়ু ঐ থবক অমুক্তা লোইশিনখিগে।

তোম্পোক—থাংঙৈশেংবনিনে ইবুঙো খুড়ানা হায়রিবসে। ইবেম্মা সুমতিগী থম্মোয়দা লৈরিবা ইবুঙোগী প্রেম অসি ফোংদোকপা

ওমদনা য়াম্না রানা খাংলে' হায়রবনি মী অমনা নিংলবদি অমম্নু খর মখৈদি নিংকম খোকই হায়রব ইপা ইপুনা হায়নবা লৈ, অহনা ইবুঙোম্নু ইবেম্মগী রাখল খরদং লৈরবদি আশা অহু সুমতিগী মকমদা খরদং কাংখোকপিহনা ইবেম্মা সুমতিগী লাংতক্করবা পুক্লং অসি খরদং ফাজিনবীয়ু'

বসন্ত—খুড়া।

তোম্পোক—নত্রবদি ইবুঙো' শোয়রদনা পাপ পুবা তারে।

বসন্ত—ঐনা করি লান্নুহনা?

তোম্পোক—ইবুঙোনদি করিগী মীগী মচাগী থম্মোই হুবগী মশক ওইবিরুরি।

বসন্ত – (নোকুনা) খুড়ানা ঐবু পুংশেম শেম্মপদোংরকো!

তোম্পোক—খংঙে হবুঙোম্নু চাদাশন্না চখোমচাও উদশিন্ন মিৎলাওবা হায়রবহুনি। ইবুঙোম্নু ইবেম্মা সুমতিবু......।

বসন্ত - তুষ্মীন লৈয়ু হাযবনি; অতাবা মী য়াওগ্রগা চোপননবা। খুড়া ঐসু নহা অমানিনে অহনি হায়রহুনমু নহাগী রাখল্লা ঐগী পুক্লিং অসি চিংহনবা য়াত্রি। ঐগী তোৌগদবা অমদি পাংখোকদবা থবক য়াম্না রাৎলিনে। (মতম অসিদা সুমতি য়াম্না কেনা চংলকই) ঐ থবক অসি অমুক্তা লোইশিনখিগে খুড়া।

তোম্পোক—অহু ইবেম্মা সুমতিদা করি হায়না হায়রক হায়রবগে?

বসন্ত—(টাইপ তৌনা) থবক শুহৌরি হায়য়ু।

সুমতি—হয়েংগী থবকম্নু খর মথাকপিয়ুদা।

তোম্পোক—এ ইবেম্মা, অসি তান্না ......।

সুমতি—খুড়া ঙাইবা রারহুনা …… ।

তোম্পোক—ইবেম্মা, লেংশিল্লকপা য়াম্না করে। ইবেম্মনা মথুদাং পায়হুনা চিংথোকপিরক্লো।

বসন্ত—( কম্মস্বদগী হৌগৎতুনা ) চেয়ার শোমদা।

সুমতি—মী মশানা য়ানিংদবসু ঙক্তা থৌরি থাংহুনা চিংবগুমসু চিংজিংদেদা ঐখোয়দি।

তোম্পোক—বেশ অহুমক্লা হেক পেল্লি। (ইংগীতনা বসন্তবু চৎশি হায়বা)

বসন্ত—ঙচাক্তা লেংশিনবীখোবা।

সুমতি—ঐখোয়দি কম্বকা ঙমজদ্রে চাক লায়না শিগদৌরে। থবক চিনবা মরমঙকপা মী লৈহৌরশসু খুড়া তোম্পোক থিঞ্জরম্নগেদনা।

তোম্পোক—ফনি। (ইংগীতনা বসন্তবু চৎসি হায়বা)

সুমতি—চৎনিংদবা মীবু করি কায়বা হৌরুরিবনো?

তোম্পোক—হৌজদে, ইবেম্মা হৌজদে। ঐনা মাবু করিগী হৌরুগদগে লেংঙসি ইবেম্মা।

বসন্ত—হোই, খুড়ানা অহু য়েৌনা চৎমীম্ননিংদ্রবদি ঐ তপ্না লাকচরগে লেংঙম্মো। ঐ পোৎ চৈশিং অসি অমুক্তা লোইশিঞ্জরমখিগে।

তোম্পোক— (শংহুনা) উম। মরক্তা ঐ রাগদৌরিদা। ইবেম্মা, লেংঙসি।

সুমতি—অহু খুড়া, মরম ওকপা নিপা অমসু পোৎ-চৈ লোইশিল্লগা চৎলগনি হায়রি। ঙহাক ঙাইবিখিসিদনা।

তোম্পোক—করে. খুড়াদি হায়কম থংদ্রে নখোয়না কম্মু কমগনি চৎলু চৎকনি হিপ্প হিপকনি। ঐ অসিদি নখোয়গী খুড়া

ওইবনে। পরপ পরপ লোইশিল্লোদনা ইবুংঙো রাখংদবা মরম ওকপা।

বসন্ত—পরপ পরপ লোইরো হায়রগা খুড়াখোয়স্মু থর য়াওবিয়ুদনা অস্নুম য়েংহুনা লৈরিবসিবু............... ।

সুমতি—করি করিনো, য়াওজরগে। (হেক চংশিনগে তৌবা)

বসন্ত—নত্তে নত্তে ঐদি খুড়াবু চায়জবনিদা।

সুমতি—ঐদি য়াত্রবরাও ?

তোম্পোক—খংদে চাওবং ওইনা তৌরদনা। কো ইবেম্মা ?

বসন্ত—য়ারনি, ইতোমতা লোইশিঞ্জরগে। তাইপ রাইটরকা লোইশিনবা কাইলনচিংবা মথং মনাও নাইনা থমজিনবা, সুমতিস্মু য়াওবা )

তোম্পোক—পুমীন্নবা য়াংবনি চামীন্নবা হাওবনি। ইবেম্মা সুমতি, ঙসি থবক শুকমদা অস্নুম হায়নববু পাবুংগী ফেক্টোরিগী থবক অসিদা শেল পুখোকপা পার্টনর অমস্মু য়াওরে হায়বসি চুম্বরা ?

সুমতি—ঙসি ঙরাংগী রা ওইরমগনি। ঐদি তাদেনা। ঐদি ফেক্টোরি অসিগী মরমদা থোইনা খংদে। (মতম অসিদা নেত্রজিৎ সুইট তাই তৌহুনা মখুন্ডা টাইপ তৌবা চে অমা পায়রহুনা শাওনা চংঙকই রঘুনা ফাইল অমা পায়রক্লনা ইন্নরকই।

নেত্রজিৎ—( শাওনা ) টাইপপু অস্নুম্না অস্নুক লান্না তৌবা হৌনবরা ? কনানা তৌই ? নেত্রজিৎকা বসন্তগা শংত্রিক য়েংনবা )

বসন্ত—ঐনা তৌজবনি। ( নেত্রজিৎ রা ঙাংদে তুম্মিন্না লৈ )

সুমতি—অদোম্না ফেক্টোরি অসিগী পার্টনর অমা লাক্লে হায়বহবু ?

নেত্রজিৎ—মানি। Tweenty thousand Rupees গী পার্টনর্ শিপনি।

সুমতি- Tweenty thousand অদুক য়াম্বা নহেদনা।

নেত্রজিৎ—( ইকায়বা ) ফেক্টোরি অসিদা থবক তৌবা কয়া কুইরে?

সুমতি—থা অমা কারয়ুগদ্রা?

নেত্রজিৎ—অদোমদা হংজবা নত্তে। ( বসন্তদা ) হুম্মো, থবক তৌবা কয়া কুইরবগে?

বসন্ত—ইবেম্মা সুমতিনা হায়খ্রিবত্রনি।

নেত্রজিৎ—তৌরিবা থবক অসি কনানা হাপ্লিবনো?

সুমতি—থবক হাপ্পা মুমিং অদু পাবুংনা ঐভোম্দা শিন্নরমদুনা ঐনা হাপ্পনি।

নেত্রজিৎ—অদুদি ইবেম্মগী য়াম্না অবানবা লৈরে।

সুমতি—মী অমনা তৌবা থবক্তা হেক্তা লাল্লি হায়বসি থর খঙ্গরগা হায়বা কৈ।

নেত্রজিৎ—হন্দক্তা মফম অসিদি খন্তনিঙায় মরম সুট্রেক লৈত্তে। করিনা হায়ববু অশুক চাওথ্রবা ফেক্টোরিগী থবক্তা ওফিসিয়েলসু খংদবা এজুকেশনসু অদুক রাংদবা মরীসু তিনদবা লৌমী মচা অমবু তৌহনবসি চুম্লবরা?

সুমতি—Any থবক থুদিংমক্তা হেক চংবগা হৈবা কনাসু য়াওদবনি, থবক হায়বসিদি তৌর তৌরগা হৈরকপনি খংদবসু খংঙকপনি। ঐখোয়না পাম্বা থবক্কী মীওইদি থবক্তা পুক্নিংচংবা ডিসিপ্লিন লৈবা করেক্টর হায়বদি লমচৎ শাজৎ ফজবা মদু পুম্নমক য়েংলে হায়রগা ঐনা বসন্ত বাবু খনবনি।

নেত্রজিৎ— হোই মন্থ কনা ওইদুনসু হন্দকী রাকম অসিদা ইবেম্মনা personal interest খর লৌবীবা ওইনা উই।

সুমতি—No.No. That is quite wrong মঙুম্না খনবীরোই-দবনি। (নোক্না) পুক কঙবা কনাগুম্বা মীগী মতৌ তম্বীদুনা অদুম্না খনবীরোইদবনি। লেংঙ্সি বসন্ত বাবু।

নেত্রজিৎ—ঐগা রা ওাংনগদবা নৈরি। (বসন্তদা) টাইপ তৌবদু হৈত্রবদি অহৈবা মহৌশা তৌবা মীবু তৌহনবা য়াদবরা?

বসন্ত—মহৌশা টাইপ তৌবা নিপাদু ছুটি লৌখিদুনা.........।

নেত্রজিৎ—হয়েং মহাক লাক্লগা মরায়না তৌজনি। হৈদি হৈতনা অকবা শাহনা করিগী অহৈ-অপা শারিবনো? আ কোম্পেনিদা থাগদবা চেবু অসুম্না টাইপ তৌবা হৌনবরা? অরানবা অরুবা মশক খংদবা মীনা থবক তৌবা য়ারোই। শে অমুক নিংথিনা তৌশে। (রঘুদগী ফাইল অদু লৌরগা বসন্তগী মমায়দা লংশিনবা চে-হুং ইচায় চাইবা)

সুমতি—(শাওনা) নেত্রজিৎ বাবু।

বসন্ত—সুমতি দেবী, শাওবীগনু। থবক হৈতবনা মীরা তারিবনি। ঐগী ইরাননি। (নেত্রজিত্তা) কেক্টোরিগী মপু অমা ওইরবসু মখাদা নৈবা থবকগুবা মীশিংগী মফমদা অদুগুম্বা লমচৎ শাজৎ অমদি ব্যবহার চৎপা হৌনদে। অদুগুম্বা মী মচাগী শাজৎ লিচৎ অদু অদুমক লোয়নরবদি থবকগুবা মী কনামত্তা থাংবা ওমলোয়। নোংমা নত্রগা নোংমদি কেক্টোরিগী থবক শোয়দমা লেপকনি মহু খংনা নখাথাবা মীবু সুংশিন লোয়মবীয়ু।

মৈত্রজিৎ—কেক্টোরি অসিগী মরমদদি ঐহোন্দা পাওতাক পিবা য়াবা মীওই অমা ওইবা য়াবরা য়াদবরা হায়বছু ইশা ইশানা য়াখল তৌজগদবনি। মহ মত্রবদি থবক অসিদা কুইবা য়ারোয় হায়বসে থক কাওগন্নু। চৎসি রঘু।

রঘু—কনি (নেত্রজিৎ, রঘু চৎখিবা)

সুমতি—মহাক অসিবু বসন্ত বাবুগী ইনাও নত্রা?

বসন্ত মানি ইনাওনি অহুবু মকমসিদদি ঐগী ইথক খোংবা মপুনি।

তোম্পোক—বসন্ত, ইচাসিদি নপুক্তা করিস্নু মুণ্ডাইতবা তৌরুগন্নু। ধর্ম্মা লৈতবা লাইগুরু মশক খংদবা পাপিনবু কয়াম কুইবা য়াগদগে। ঈশ্বর লৈরি হায়বসে থক কাওগন্নু। লেংঙসি ইবেম্মা। মখোয় অহুম চৎখিবা)

**লাইট ওক**

# ৬ শুবা উৎপা

## য়ুম্ন (সহদেবগী)

**মকমঃ—মাঙ্গল** **মতমঃ—অয়ুক**

(সহদেব মকোক মরু ইচাও চাওরহুনা য়াথল তৌহুনা হুঙৎ হন্দা চঙুনা লৈরম্মী)

সহদেব—করিনোমে ঐগী দাও অসিবু। অমুক্তা লৌবা হায়বহু ওমজবসিবু। নোংমগী চমঙা লিশিংনা খুজিং ওইহুনা মাংবদা থংবসিবু। খুৎ-কেনবীগা চপ মায়থরেনে। মসি মীহোন্দগী

খোক তৌহনা লৌবা পাপকী খেলনা থুংপায় ওইহনা শান্নবনা ওইবা তারে ঐনা দাও য়াত্রিবসি। গুসি অসিবু।

( মতমসিদা রজনি মপাল্লোমদগী শাওরুংবনা চংলকই )

রজনি—সহদেব, নং লৈরম্মী ফরে। নংগা রা খর গাংনগদবা লৈরে।

সহদেব—করি তৌরবগে ইচে?

রজনি—নংনা নমথাক তৌহনা উৎ চাইহনা নমাক্কী খেল অমুক য়াম্না মাংহল্লিবসি করিগীনো? করি ধর্ম্ম কৌবগে?

সহদেব—নত্তে, ঐনা করি তৌরবগে?

রজনি—নংনা লুপা লিশিং মঙা অমা হা অহু তৌবনি আদা তৌবনি হায়হনা মকম মরাং খংদনা মাংহনখরে। অতুদগী অমুক ঠিকাদারদা পুখোক্লিবনি হায়হনা লুপা লিশিং তরা-মঙা অমা লৌখোকপ্রগা ঠিকাদারদদি পুখোকলমদ্রে। জুরারদা য়ুদা অহিং অমদা চমঙা হুন্দোক লিশিং হুন্দোক অহুক য়াম্বা লুপাহৌবু নংনা ইলায় লায়না মাংহনবা গুম্বা করি মতো কৌবগে?

সহদেব—( শাওশিন্নহনা ) কনানা হায়রিবা? ঐনা জুরারদা খেল হুন্দোকই হায়বদি ইচেদা কনানা হায়রিবা?

রজনি—করি কায়গদগে নংনা শাওশিন্নহনা। নচে ঐ অসে অঙাং নত্তে। নংনা উৎ-চাইহনা করাম কুইনা থম্বা গুমগনি। অসিগীদমক্তরা, নংনা অপংবা নমাক্তা ইশিন্দুনা ইমুং মচেৎ-মচেৎ তাহন্দুনা কাং-খোং চাইহন্দুনা য়ুম ইংখোল কাওবা য়োম্হোকহল্লিবসে?

সহদেব—নত্তে, ইচেদা কনানা করি হায়রজিন্দুনা ঐবু অসুক হস্থনা খল্লিবা করিগীনো ? ঐবসু ইচে অমদি ইমাকী মাংননবা শিনগদ্রা ?

রজনি—আ। নংনা হায়বা ইনবদগী ঐখোয় য়াম্না তোংজরে। নংগী খোজাম্দগী ইমা ইচা ঐখোয় অনি লম্বীগী চাক্লিবা ওইজবা কংগদৌরি।

সহদেব—ইচে, মীয়া লৌহুনা ঐবু অহুক থাজবিদবা তৌবীগনু। অহানবগী লুপা লিশিং মগুহুদি থবক তৌবদা মপা শোয়হুনা মাংখরে চুম্মী। ( মতমসিদা নেত্রজিৎ চংলকই ) অকোনবগী লুপা লিশিং তরামগু অহুদি সত্যনা সাক্ষী ওইসনু ইচে নংগী সেবা ক'বা গুমদনা মাংপ্রগে দেবেন ঠিকাদারগী ঠিকাদা মাংখিবা শেলনিনে। মাগী বিল হেক ফংবগা শেন্দোইনে শেল্লেপ্নে মরায়না খিঞ্জরক্কনিনে। মপোক খুদিংগী নরক তাপ্রগে ইচেখোয়দা মীনম্বা নমথাকী য়া করিসু লৈতে।

নেত্রজিৎ—নেশারালা জুরারী অমনা রাশকপগী মমল করিসু লৈতব'ন মামা।

সহদেব—করি নেত্রজিৎ ?

নেত্রজিৎ—শাওবিগনু; ইমানা পোকমিন্নবা মামনি মামবু ঐনা ইশাদগী হেন্না থাজনা থমজরম্বনি ঐগীদমক্তা ফনবা খনবীবা মীশক অমনি খঞ্জহুমা মামনা হায়বত্তা ইন্দুনা গুসি কাওবদা অকবা খংদে কত্তবা খংদে থবক পুম্নমক চখৎরিব্রিবনি। লুপা লিশিং তরামগুহু ঠিকাদা খাদবিম্রিবরা ? নপ্রগা ঈশিংদা খাদবিম্রিবরা মহুত্তা শেংনা খুদীয়ু !

সহদেব - ঠিকাদা থাদখিবনি হায়রেদনা।

নেত্রজিৎ—ওরাং অ'স মামা, ঐনা ইঞ্জিনিয়ার অফিসতা চৎলগা দেবেন কৌবা করম্বা অসৌবা ঠিকাদার লৈবগে হায়দুনা কোনট্রেক্টংগী লিষ্ট য়াম্না মুন্না য়েংজক্লবনি। মামনা শেল থাদখি হায়বা দেবেন কৌবা ঠিকাদার'দ ফাওদে। তৌশিন্নু মামা, ঐ অঙাং পিশক নত্তে অচুম অচুম্বা রাদা ঙাংনসি।

সহদেব—ঐনা হাযরিবসিন্নি। নংনা খংঙক্লবনা ওইরমগনি।

নেত্রজিৎ—ফরে মামা, মফিদা ইকু ইমাক চিন্দা পাওদবস্থনা খৎনবস্থ পামজদে। মতুংই মরমদা ঐ ইঞ্জিনিয়ার আফিসতা চৎলগা রাফংনবস্থ ইকাযজৈ। অতুনা মামদা ঙসি অবোইবা রা হায়ক্লগে—অমা খংদে অমা খংদে মামগী দেবেন ঠিকাদার হাবরদগী ঐগী লুপা লিশিং তরামঙা অদো পোৌশনবীরকউ। ঐ শেনদোইকা পামজদে। শেল্লেপতুদা পুবিরকউ।

সহদেব—অদুক য়াম্বা শেল অদুদি বিল ফংজ্রবদি মীদি কদাইদগী শাক্লগনি।

নেত্রজিৎ—বিল ফংবা খংদে ফংদবা খংদে থা অমা মতম পিজগে মাসগী মনুংদা পিরক্লবা হায়বিন্ন। ঐ ইংখোল অমা য়াম্না থুনা লৈদবা য়াজ্রবনি। মসিদা থোশাবিজ্রবদি রা য়াম্না কায়নরক্লগনি। অদুগা মামগী নকমদস্থ ব্যবহার কায়জনিংদে।

সহদেব—নেত্রজিৎ, নংগী রা অসিদি খজিক্তদা ঐ য়োৗঞ্রেনা।

নেত্রজিৎ—মামা, লৌরি-য়ুম্ফম শেল থুম হায়রবসি য়াম্না লুবনি মমা-মচা মরি-মতা কাওবা কায়নরিবনি।

সহদেব—করে করে নিপামচা, নংনা মামবু অহুক য়ৌনা চিংনরবদি চিংনবহু কোক্লনবা মামনা হোৎনরগা লোয়রেদনা। ( চৎখিবা )

রজনি - নিপামচা, ইমা রা হায়গে। নংগী মামা অসিবু নং হৌজিক মশক খংলেদনা ?

নেত্রজিৎ—খংলে ইমা।

রজনি—অহুনা নংগী মামা অসিনা মাগী মমিংদা মরম্লাই ঠিকা তৌগনি হায়রিবহুমা ইমা য়ানিংদেকো।

নেত্রজিৎ—কদায়দগী ঐবু ফুংহুনা পোকপা মচারনে ? কর কত্রবস্তু ইমাগা পোকমীয়বা মামনি, মহাক্লা ঐগী মাংননবা তৌরম্বা হৌনদে হায়হুনা মানা। ভৌবা থবক পুন্নমক ঐনা থাজরম্বনি। নহান হোটেলদা অস্থম চা থকপদা মাগী মরমদা মীনা রারি রাতাই শাবা তাবদগী ঐনা মাবু মশক য়াম্না মুন্না খংলবনি। মচোন্দা 'পাই অমগী মান শিন্নবা য়াবা নত্তে।

রজনি—খংদে খংদে ইমাগীদি হায়বিরিবসিনি ; নংগী চক্রীশনায়দগী য়ুম ইংখোল য়োম্হোক্তুনা লৌ-শীং বক্কান থমহুনা সহর অসিদা হোজহুনা লৈরবনিদো। শেল থুম অরেম্বদা মাংহনে-গনু নশাগী ওইজ ওইথক রেংহুনা থবক তৌগদবনি। অহুনা নংগী মামনা মীচোন্দা পুথোক'খি হায়রিবা লুপা লিশিং তরামঙা অহু কংননবা কন্না তানশিল্লুকো। নত্রবদি ওসি ওসি হুরেং হুয়েং হায়হুনা অহুম নৈহুনা লৈরগদবনিকো।

নেত্রজিৎ—ইমা ঐ পুন্নমক খংলে। লুপা লিশিং তরামঙাবু ( মতম অসিদা রপু চংলকই ) শেল অঙাংহু নত্তনা কাগী

ওইনা শান্নবা য়াবরাও ? মাম লাখ ওইদুনস্থ শেল অত্থ্ হেক পিদবদা ময়ুম ইংখোল অসি মংকদৌরিবনি।

রজনি—মহস্থ মীগী মমাংদা ফজদে শেলস্থ মাংদনবা কেথ দুং ত্তোইহনত্থনা মিংচৎস্থ থিদনবা নংনা য়াম্না। শিংনা শেল অ'সি মাংদনবা হোৎনগদবনি।

নেত্রজিৎ—খ'ঙে ইমা। ( রজনি চংখিবা )

রঘু—নেত্রজিৎবাবু, য়াম্না লুবা রা অনা ভাংনগদবা লৈরে।

নেত্রজিৎ—করি ফরুবা রানোনে ? নংগা ভাংনবা রা অসি ইকান কায়দেদা।

রঘু—অত্থনা ঐস্থ থরাই অসি দুভাইতত্থনা হন্দক্কী রা অ'সমদি অরেম্বা ভাইরুরোই হায়ত্থনা চপ চানা খন্দুনা লাকচরবনি।

নেত্রজিৎ—ন'স্থ খন্দুনা য়েংঙ্ লরায়গী য়ুম ইংখোল যোম্হোক্তুনা সহরদা থুনা হোংগত্তুনা লৈনবা হোৎনখিবা কনা মগুংলাংগী-নো ? সুমতি মহাক থকী নত্রা ?

রঘু- ও'সি ঐনা হায়গদৌরিবা রা অসিবু বাবুগী শোয়দনা ওইর-গদবনি।

নেত্রজিৎ—রঘু, সুমতিবু ঐগী ওইজবা ফংগনি হায়রবদি নেত্রজিৎ ঐনা ভম্মোইদবা করি থবক লৈবগে ? অভিয়াসি শক্লা থাংগৎলু হায়বরা ? হায়মু করি থবক্নো ?

রঘু—থবক অসি পাংথোক্রবগী দমক্তা বাবুখোয়গী মামনা ঐঙ'ন্দা হায়য়কই। মামস্থ চংগরুগনি।

নেত্রজিৎ—অ'ৎবু থবক অত্থভা হাম্না হায়খোনে।

রঘু—থবক হায়ববু সুমতি অসি কোর্সনা লৌবা তারে।

নেত্রজিৎ—ফে'র্সনা ক্ষাদুনা লৌবা!

রঘু—অদুগী খুদোংচাবা ত'ঞ্জা ফংলদুনা বাবুদা রা'সি হৌদোক-লক্লিবনি।

নেত্রজিৎ—করম্বা খুদোংচাবা?

রঘু—হংচিৎ থাংজ মুমিৎ অসি নোংপোক সেকমাই রোমদা স্কুলশিং ইন্সপেকসন চৎকনি হায়। বা'বু, থবক অসি থা-থাগী থবক্তি নম্বেকো লুপা ৫০০/৬০০ খরচ তৌবা তারবনি।

নেত্রজিৎ—থবকপু পাংথোক্পা ঙম্লবা শিনগনি হায়রবাদ লুপা ৫০০/৬০০তা নত্তে লিশিং অমস্তু খরচ তৌগে হায়রিবনি।

রঘু—অদু ওইরবদি থবক শোইদনা পাংথোক্লে। বাবূনা খ'ঙ্গদুনা তৌবনি নো'পোক শেকমাইগী মচিন তোংবা গুন্দাদগী সাধুদগী নখোয়গী মামা সহদেবগী প্রান ওইনা শিন্নবা মরুপ ঙাক্লনি। নখোয়গী মামা সহদেবনা হান্না লম অদুদা চৎনুনা লুপা থরা হান্না চাইথো'ক্লগা লম্বী শেমলুরবদি বাবুগী লম্বীদা অমুক অপনবা লৈরোইদবনি।

নেত্রজিৎ—ঐখোয়গী মামনদি করি হায়?

রঘু—মামনা হৌদোরক্লিবা রাকম্লিনে। মামদুবু চংঙকনি হায়রগা কৈদৌগ্রবনো?

নেত্রজিৎ—রঘু, মামনা হন্দক শিল্লকইবা থৌরাং অসি পাংথোক-হৌনবা হোৎনহৌবা তারে। করিনা হায়রবু ঐখোয়গী তাদা বসন্তগা সুমতিগা মখোয় অনিগী মওং মতৌসি য়েংবা ইমুং মুংঙাইত্তে। থম্মোই অসিদা তিংথং য়ুবগুম থোকই।

রঘু—বাবু, মিপামচাদা থোকপিয়ু। হন্দকসি Golden chance নি।

অহিং অনিদং ময়ুমদগী পুখোকপা ওস্বদা বাবুগী খুত্তগী নাম্বোক্লববা কদাইদনো ?

নেত্রজিৎ—অত্থদি রঘু, বেঙ্কগী লুপা লিশিং অমা দ্রো ভৌহো-রুবা তারি।

রঘু-চিংনদনা ভৌবীয়ু। বাবু, ঐখোয়গী প্লান অসিনা মহৈ হেক য়ানবদা মপাগী সখন কেক্টোরি অসি বাবুগী খুত্তা তাগদৌরিবনি করিনা হায়ববু মপাগী সম্পত্তি পুম্নমক অসি ন্নমত্তিগী ওইহৌগদৌরিবনি।

নেত্রজিৎ—(নোকুনা) রঘু মহুম্ন রান কাইন্দ ওক বিজিনেশনি চৎসি।

রঘু—অত্থ মামা অমুক্তা ওায়খিসি হন্দকী রাফম অসি বাবুখোয়গী মামনা খ্বায়গী মরুনি।

নেত্রজিৎ—অত্থবু মামগী মনাক্তা হেক্তা চৎলসি রা অসি লোয়শিন্ন-রুরসি হায়বনি।

রঘু—করে, লেংওসি। (খোকমিন্নখিবা)

লাইট ওক

## ৭শুবা উৎপা

## য়ুম (সুরেন্দ্রগী)

মকম:—মাঙ্গোল মতম:—স্নুমিদাংরাই

(সুরেন্দ্র হজৎ হন্দা চৎতুনা রাখল তৌতুনা ইৈেরম্মী)

সুরেন্দ্র—ক'রনো ঐগী ইচাসিনা হৌজিক কাওবা হল্লকত্রিবসিবু নোংওানবদগী চৎখিববু ছুমিং তারকদৌরবা কাওবা হল্লকত্রিবসিবু

গাড়ী বেরা তৌহ্না লৈরবনরা ?

( মতম অসিদা সহদেব চংলকই ) ইবুংঙো সহদেব চংবিরকউ ।

সহদেব—তাইবুংঙো।

সুরেন্দ্র—চেয়ারদা ফম্বীয়ু ।

সহদেব—ফনি। নত্তে, তাইবুঙো য়াম্না লাংতক্লনা উববু করি তৌবিরবগে ?

সুরেন্দ্র—ইবুঙো নচাসুপী সুমতি অহু ওসায় অয়ুক নোংফুং-ঙানবদগী অফিসতা থবক্লি হায়দুনা নোংপোক সেকমাইরোমদা চংখিববু হৌজিক ফাওবা হল্লক্রে। অদুনা পুক্লিং অসি ইলাং লাংলে ।

সহদেব অদুদি ঐনা তারক্লিবা পাওসিদি শোয়ক্রেদনা

সুরেন্দ্র—করি পাওনো ইবুংঙো ?

সহদেব—ওসায় সুংখিল পুং ৩ তাবা মতমদা ঐনা বজারদা হায়গৎচরুবদা নোংপোক সেকমাইদগী কারকপা মী খরনা য়ারি তৌরকপদগী তাজবা পাওনি। ইস্কাপদগী লাকপা অফিসকী মুপী অমা, জিপ্ খাম্লিজৈদা পাথং অডাওবা খরবা চিংদুনা কাহুনা পুখি হায় ।

সুরেন্দ্র—অচুম্বনিকো সহদেব ?

সহদেব—তাইবুংঙো পাওসিদি শোয়ত্রবনি। ঐনা তাইবুংঙো উনবা লাকচরিবসিবু ঐগী ইমাক নেত্রজিৎনা হায়ববু তাইবুঙোগী নচা ইবেম্মা সুমতি নোংপোক সেকমাইরোমদা চৎখি হায়বা পাও অসি তাবদগী পুক্লিং চিংনবা অমা শোক্লুনা পাও

অসি তাইবুংঙোদা তমজগে লাকপনি। শোয়দনা নচা ইবেম্মা ওইরম্বা তারে।

সুরেন্দ্র—অছুদি ইয়াম্বা পোলিশ ষ্টেশনদা কোন অমুক্তা তৌজরুদ্বিগে (ফিংনা ইমুংদা চংখিবা)

সহদেব—হু…হু…হু… আছা ফরে, পোলিশনা নেত্রজিৎপু ফারবদি নেত্রজিৎ ফাদোপ তাগ'নি মাগী লুপা লিশিং ভরামভাগী অরাবছু মতম খর'দি কোক্লগদি। ঐনা লিখুল পুন্নমক ত কুনা নেত্রজিৎপু কাহন্দবা য়াদে। (সুরেন্দ্র ইমুংদগী ফিংনা থোরকই) সহদেব, ইয়াম্বা পোলিশ ষ্টেশনদা চৎপা তারে।

সহদেব—তাইবুংঙো, পোলিশকা লোয়ননা চংলবসু আ য়োৎপা সুমিৎ তারগনি। সুংদাংদা মাখোয়বু থিবদা খর রাগনি। অছুনা ঐ রা অমা হায়জগে নোংপোক সেকমায়দা ননাওগী মী য়াম্না লৈজৈ মখোয় মী অমা অনিগী মমিং মথা পুবিখো মাখোয়দা হংলবদি শোয়দনা থবক পাংথোকপা ঙমগনি।

সুরেন্দ্র—য়াম্না ফরে। চে অমদা মাখোয়গী মমিং মথাক ইদুনা পীবীরো।

সহদেব—ফুরিংথাওদগী চেগা কলমগা লৌখোরগা, লাইরিক ইনা ইনা তাইবুংঙো, ঐনা ইজরিবা মীশকশিং অসিগী ময়ুমদা চংলগা ই পাও হান্না লৌখোকপিয়ু। (চে অছু সুরেন্দ্রদা পিবা)

সুরেন্দ্র—য়াম্না নুঙায়জরে। ই-পাও অসি পীবিবগীদমক্তা হয়েং ইয়াম্বনা ইনাওগী ঙা চানবা শেল তৌজগনি।

সহদেব—মছুগী করিমক্তা খনবিরুগনু ননাও চৎচরগে। (মতম অসি বসন্ত তোম্পোক চংলকই)

সুরেন্দ্র—কনি লেংঙো। ( সহদেব চৎখিবা ) বসন্ত।

বসন্ত—খুড়াইবুংঙো।

সুরেন্দ্র—নং খুড়াগা থবক অমা চৎমিন্নরুসি।

বসন্ত—কদায়দা ওইরবনো ?

সুরেন্দ্র—নচল সুমতিছু অা লরায়দা ঘটনা অমা থোক্লে হায়বা পাও তারে।

তেম্পোক—ইবেম্মা সুমতিবু ?

সুরেন্দ্র—হোয়নে তোম্পোক। অছুনা পোলিশ পুত্থনা চৎপা তারে।

তেম্পোক—ঙসি অয়ুক নোংপোক সেকমাইদা চংক'ন হায়না ঙরাং ঐঙোন্দা তাকপিরম্মী। অছুদি ননায় ঐসু লাকচগে নোংপোক সেকমাইদা ঐগীসু থ'নবা মী য়াম্না লৈজে।

বসন্ত—করে। খুড়ায় চৎসি।

সুরেন্দ্র—অছুদি চৎলসি লাকও ( মাখোয় অহুম' থুনা চৎখিবা )

লাইট ওফ

## ৮-শুবা উৎপা

## ( য়ুম্ম গুলাপকী )

মকম:—মাঙোল মতম:—অয়ুক

( লেমতোন অমা থাম্লি ; গুলাপ, নেত্রজিৎ, রঘু কমছুনা চুরুপ থক্তুনা লৈরম্মী )।

গুলাপ—ইবুংঙো নেত্রজিৎ, ঐ অসে নংগী মামা সহদেৎগী প্রাম্নি।

ঐগী য়ুমসিদা লৈরিদৌদা নংগী ভুবুম নাম তেকদবা লৈতে। করিমত্তা পাখৎকনু।

নেত্রজিৎ—য়াম্না নুংঙাইজরে। ঙসি ঐগী নিংবা থুংহনবিবগীদমক্তা ঙসি পিজবহুনা লোয়বা নত্তে। হয়েং ইম্ফাল য়ৌরগা ঐখোয়গী মামা সহদেবগী মখুত্তা লুপা ১০০ অমগা য়ৌহনজরকখিগনি।

গুলাপ—ইনাওগী কৃপানি।

সহদেব—চৎলু রঘু, খোঙ্গাল কাওবা চৎলগা ইরাং কালাং খর য়েংলু।

গুলাপ—হেরা করিগী ইরাং কালাং য়েংগদৌরিবনো? গুলাপ ঐনা ত্তোবা থবক্তা য়েংশিল্লগদবা অমদি ঐগী য়ুমসিদা মখোং নামা থাংচিল্লকদবা নোংপোক সেকমাই অসিদা মমা কাওবা পোকত্রি। খোকখিসু নুংঙাইনা লৈখোকউ।

রঘু—দাদা, ঙসিগা হয়েংগদি দাদগীসিদা লৈজখিবা তারিমাল্লে।

গুলাপ—থা অমা লৈগে হায়রবসু ইয়াম্বগীদি করিসু বেরা লৈতে।

নেত্রজিৎ—দাদা ঙসিগী খোঁদোক মশানা ইয়া য়াদনা কাবা হায়বহুনিদো। মসিদা ঐ পুক্রিং ইনুং নুংঙাইত্রি।

গুলাপ—হেরা ইনাওসিদি মশানা য়াদবগীদমক্তা করিগী চিংনরিবনো? হৌজিক্তি নখুৎ চল্লে। ননাক্তা লৈরেদনা হৌদোংদসু লৈবু লৈমিন্নরবদি নুংশিরকপনি। অহিং অনি অহুমদং লেনগ্রবদি হৌজিক খু খু কামলিবসে মরায়না তেজরকনি।

রঘু—অহুনি ঐনা হায়জরিবা দাদা। হৌজিক মচা-মত্ত পোক্কুমা নুংশিনা লৈনরিবা নুপী নুপা বয়া মশা মশা ইয়া য়ানদনা লৌনখিবনা কোঙ্গাইনি। চুমত্রবরা দাদা?

গুলাপ—অচুম্বনে।

রঘু—দাদা, ঐখোয়গী নেত্রজিৎ বাবুগী লুহোংবদা লাকপিদবা য়াদেকো।

গুলাপ—ইয়াম্বনা কর্ম্ম ধার ওইরুরবনিনা লাক্নবা য়ারিবরদো।

(মাখোয় অহুম নোকমিন্নবা)

রঘু—দ দাগী নতেং য়াওদনা ভসিগী থবক অসে ঐখোয়না পাং-খোকপা হৈমখিবগী রা কৈতে। (বসন্ত চংলকই; নেত্রজিৎপু উবদা ইঙক ঙকই)।

গুলাপ—করি ওইরবনো ইবুংঙো?

নেত্রজিৎ—দাদা ঐ ভাংনজগে। সুমতিগী খোংগুল লিরক্লিবরা?

বসন্ত—ঐবু হেক উবদা মাহুগী রাংং অহু হংলিবতুর্নদ সুমতি দেবী য়ুম অসিদা লৈবগী মওং মাপ্লি।

গুলাপ—লৈ-লৈ ইবুঙো; করি হায়রবগে?

নেত্রজিৎ—দাদা মহাক অসিনি ঐগী লম্বীগী তিংথং ওইরিবসে। মহাক অসিবু···।

গুলাপ—কিংগৎথিগনু ইবুঙো রাগী রাগী নিংথিনা ভাংনসি। ইবুংঙোনা ঐগী য়ুমসিদা লাকপবু করি মরমগীনো?

বসন্ত—সহদেব থংনবীবরা?

গুলাপ—ঐগা য়াম্না নুনা তিন্নবা মরুপনি। করিগীনো?

বসন্ত—মহাকী মচিন্দগী. সুমতি দেবী য়ুমসিদা লৈরমগনি হায়রনা ঐ পোলিশকা লোয়ননা সুমতিবু লৌবা লাক্লিবনি।

নেত্রজিৎ—পোলিশকা লোয়ননা···! দাদা গুলাপ হৌজিক করম তৌগনি?

গুলাপ—ঐখোয় মুপামচানি। পোলিশ লাখ লাকতুনমস্থ মায়োক্লবা তাষ চেনবা য়াদে।

বসন্ত—নেত্রজিৎ, ইয়াম্বা য়া হায়গে সুমতিবু পুথোরকউ। নিং থজনা ঐঙোন্দা শিন্নৌ। নং অমদি সুমতি মায়কৈ অ নমক্কী বদনাম ওইদনবা মনা মনিন নাইদনবা ঐ শিনগে। সুমতিবু পুথোরকউ।

নেত্রজিৎ—হা…হা… হা ক'য় সুমতিবু পুথোবকউ হায়বা! হা… হা…হা… ঐগী শিংলিদা তোংদা ঈ মরিক অমত্তং লৈরিঙৈদা ঐগী ইথুত্তমী সুমতিবু মুনগনি হাষবদি মংদস্থ খল্লুগনু নহাক মক্কম'সিদগী থুনা চৎখরো নত্রব'দি………।

বসন্ত—নত্রব'দি নংনা ঐবু কুপনি চৈগনি নত্রা ? মতুনা নংগী ক'য় কান্নবা ? নংগী কননবত্তা খল্লিবা নয়াম্বা ঐবু ঙ'সি ফাওবদা নংনা য়েক্লবা ওইনা লৌরি।

নেত্রজিৎ—মানি নহাক ঐগী পুক্সিগী অথোইবা যেক্লবনি মতু নত্রবদবু ঙ'সি ঐগী মাযোক্তা পোলিশ পুহনা লাক্লমগদরা ?

বসন্ত—তাও নেত্রজিৎ সুমতিগী মক্কমদা শা-ডাগী লিচৎ চৎতুনা মুপীগী সত্বীত মাংহনগে থৌরাংলম্লিবসিনা নহাক ওইরমগনি খংলম্লবদি ঐ লাক্লমোইদবনি মরমদি কয় যত্রবস্থ নহাক ঐগী ইনাওনি। ঐনা লাকপদি সুমতিগী দমক্তনি।

নেত্রজিৎ—অদুবু চৌজিক্তি ঐনি হায়বা খংলে য়া অমুক মথা তাদনা চৎখিবা য়াত্রা ?

বসন্ত—নেত্রজিৎ নংনা য়াখল থেনবদগী অপাম্বনা থুমহৎখিদুনা ঙসি তৌক্লরিবা পাপকী থবক অ'সিদগী প্রায়শ্চিৎ তৌনবা

মতম লৈরি। ইয়াম্বনা হায়বা ইল্লু সুমতিবু পুখোয়কউ। নং হৌজিক কাওবা জ্ঞান তাত্রিবা করিগীনো নংগী কননবতা খনবা মীশক অমনি হায়না থাজনা থমজবা মামা সহদেবগী পুকচেল অসি নং উরেদনা? ইজৎ মাংগদবা কত্তবা থবক্তসু মায় ওনশিনবা অহংগা কত্তবা থবক অতুগী মহৈ ফংননবসু, ইজৎ মাংননবসু মহাক্রা লাং থাকপা পুন্নমক অসি মাগী খুজিল খৌরাংনি হায়ব'স নং খংবা ঙমত্রি?

নেত্রজিৎ—খংঙি; মহাকপুসু খংঙি, নংবুসু খংঙি অহুবু ঙসি ঐগী অনিংবসিদি কনানসু থুগাইবা ঙম্রোই। চৎখ্রো মফমসিদগী।

বসন্ত—দাদা, য়ুমসিদা পোলিশ চংঙক্রুনা ঘটনা থোক্লিংগৈদা দাদানা অহল অমা ওইনা সুগীমচা অহুবু পুথোকপিরকউ।

গুলাপ—ইবুংঙো মহ ঐঙোন্দা হাঘগনু। ইবুংঙোসিদা হায়রিযু।

রঘু—নেত্রজিৎবাবু, কনা কনানো মী য়াম্না চংঙক্রে।

নেত্রজিৎ—করি হায়রবা?

বসন্ত—লাক্লিবা ময়ামসে অঙোম্পা নত্তে খুত্তাইবুংঙো সুরেন্দ্রগা পোলিশকনি। ঐনা মসি খোঙ্কনি হায়না ঙসাইনা হায়ত্রা?

রঘু—নেত্রজিৎবাবু, মনিংলোমদা চেনগ্নসি।

নেত্রজিৎ—হা—মতুনা করগনত্রা? (চেনগে ঙৌবা গুলাপগা থংলগা)

গুলাপ—কদাইদা চেনগদৌরিবনো নিপামচা খোকউ চেনবা য়ারোই।

নেত্রজিৎ—করিনো দাদা লম্বী থাদোকউ। (গুলাপনু ইস্থোকনা চেংগে ঙৌবা)

গুলাপ—হে-রা, ঐনা চৎপা য়ারোই হায়রগা...... !

রঘু—দাদা, তৌবিস্নু ঐখোয় চৎচরগে।

গুলাপ—চৎপা য়ারোই।

নেত্রজিৎ—( চৈ অমা ভাপ পায়দুনা ) হে-রা ; কবি কান্নবা ?

( গুলাপকী মকোক্তা চৈনা থাবা মকোক ভাওদুনা তুবা ; খুদক অসিদা পোলিশ অমসুং সুরেন্দ্র চংলকই )

পোলিশ—( পিস্টোল উৎলগা ) কনামত্তা চৎপা য়ারোই। খোঙফম অমত্তা লেংগনু।

( গুলাপ মকোক্ ভাওরি ভাওরি তৌদুনা হৌগৎলকই )

সুরেন্দ্র—ইবুংঙো বসন্ত, সুপীমচাবু সিদা লৈরম্লবরা ?

বসন্ত—লৈরম্লে খুড়াইবুংঙো।

গুলাপ—সুপীমচা অসিবু পোকপা ওইরবরা ?

সুরেন্দ্র - মানি ; ইবুংঙোগী মিং গুলাপ কৌবরা ?

গুলাপ—হোই ; ঐগী মরুপ সহদেবনা হায়রকপা মতুংইন্না ঐনা নচাইবেম্মবু ভাকশেন্দুনা লৈজরম্লিবনি। ইমুংদা লৈ ( নেত্রজিৎকা রঘুগদা খুদোনবী থিল্লগা ) শা-গী লিচৎ চৎপা মখোয়শিং অসিবু ঐনা উৎ-চাইদুনা চংজকম পিশিন্নরগা বাবুখোয় লেংঙকপা কাওবা মোইথেম তৌদুনা থমজরম্লিবনি। ঐ নচাইবেম্মা লৌথোকচরুখিগে। ( চৎখিবা )

সুরেন্দ্র—নেত্রজিৎ, নহাকপু ঐনা লৈপাকমচা ভাবা মীশক অমনি হায়না খল্লম্মী। অদুবু নংদি শা-দগীসু হেন্না তোল্লম্লে। অসিগুম্বা মী মচাগী থবক অসি পাংথোক্লবগীদমক্তা ঐগী

. পাটনর ওইশিন্নহুনা খুদোংচাবা তাঞ্জা লৌগদবগী লুমহুনা লৈরম্লবোইরে। অদুক পুবচেল পিকপা বিশ্বাসঘাতকী থবকপু তৌবা হৌনবরা ?

পোলিশ I.P.—চাওবা, মখোয় অনি অসি হেন্দকপ তৌ।
( I.P. গী ইঙ্গীৎ মতুংইনা constable না নেত্রজিৎ অমসুং রঘুবু হেন্দকপ তৌই ) চৎলু গাড়িদা হাপকৎলু। মতমসিদা সুমতিনা মাং থাক্তুনা গুলাপ ইমুংদগী থোরকই )

সুমতি—পাবুং। ( মপাদা কোল্লি )।

সুরেন্দ্র—সুমতি। ইবুংঙো গুলাপ নংগী মপালদগী ওসি ইচাগী ইজং মাংঙমত্রবনি। নুপী ওইবীগী সন্মিত কায়ত্রিবনি। ( কুরিথাংদগী শেল লৌথোক্লগা ) শে লুপা ৫০ অসি ওা চাও। ( গুলাপ্তা লুপা ৫০ পিবা )

সুমতি—ইন্সপেক্টর বাবু ঐবু ময়াম মমাংদা বদনাম পিরিবা মখোয়-শিং অসিগী মথক্তা মতিকচাবা action লৌবিগদবনি।

I.P—মশানা ভাবনি সুমতি দেবী। ওাওশিন্নবা লমহেনবদি চৈনা য়ারকদবনি। হায় চাওবা চৎল সি।
( চাওবনা নেত্রজিৎ অমসুং রঘুবু ইন্দুনা পুখিবা ) খুড়াইবুংঙো লেংঙসি।

সুরেন্দ্র—ইবুংঙো গুলাপ ঐখোয় চৎচরে।

গুলাপ—কমি লেংখিরসি।

সুরেন্দ্র—নুপীমচা চৎলসি ( সুরেন্দ্র, I.P. চৎপা হৌবা )

সুমতি—বসন্ত বাবু লেংঙসি। শা লাল অসিদা খুড়াসু য়াওবি-রক্লিবোইরে। খর য়াখিরেদো বসন্ত বাবু।

তো-স্পাক—রাদনা কুংঙাইবা কনানো ? তিংখং কিরবদি থম্বাল হেকপা ক'দবনে।

সুমতি—ইশ রাসিদি।

লাইট ওক

# ৯শুবা উংপা

## লম্বী

মকম :—খুল্লক মতম :—মুংখিল

( সহদেব লাকই ; রজনিনা মকোক মক ইচাও চাওরথুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম ইল্লবকই )

রজনি—সহদেব নংবু ইচেমনা হায়জবসি অমুক্তদি রাখল ভৌগবা

সহদেব—ক'বস্থ রাখল ভৌনিংঙাই কৈতে হচে। কারিনো লম্বী শোরক অসিদা ইচেনা ভৌবিরিবসিবু ?

রজনি—কব কত্রবস্থ মহাক অহু নংগী নমাক্সি, মগাক্তীদমক্তা নংনা জামিন যাদনা কনা লাক্তুনা জামিন য়াবিগনি

সহদেব—চুম্বী মহাক ঐগী ইমাক্সি। ইমাক কনা ওইহুনস্থ মীশক খংদবা মী মচা মাগীদমক্তা ঐ মাইবোং য়াবা ভল্লোই। শি-বা, মাগী লুপা থব মাংহনখিবগীদমক্তবু ঐবু মী ওইনা তারদবা থকশি-খাশি নাইদনা ঙাংবা থম্মোই অসিদা যুত্বনা লৈক্কিবনি। কান্নদে ইচে, মাগী মবম্দা ঐভোন্দ' রা হায়রকনু।

রজনি—অপংবা জ্ঞান লৈতবা নমাক্কি থন্দুনা মাপী মরাল ভাক-
পিয়ুনে সহদেব। হৌজিক্কী মতমদা নং অমদি ঐ নত্তনা
হন্না য়েংবদা মাপীনি হায়বা কনা উরিবগে?

সহদেব—ইচেনা থোকপা ত্তৌবিরুচো। মাপী মরমদা ঐভোন্দা
রা ভাংকনু হায়রিবসিনি।

রজনি—করি ধর্ম্ম কৌবগে নিপামচা; হুংভাই-রাইকরিডৈ মপাল
করিডৈদনা ইমাক্তনি ইমাক্তনি হায়দুনা মতুং কোইন ইন্নবা
অদুগা ফিভম ফংলকত্রবা মতমদনা থোক হেক কাওথোকপা
মদুবু মী ওইবনা চংকদবা লিচংলা?

সহদেব—ঐনা চংলিবা লিচং অসিদি মীওইবনা চংকদবা লিচং-
মক্কিনে। ইচেনা হাযরিবসিবু ইরাক্লত্তনা শিমিন্নসি হায়রিবরাও?
থংভু মত্লবী তুনিয়ানিনে।

রজনি—ও! মদুরা সহদেব। ঘরে অতৌদি ভসি হয়েং অসিদা
নংনা মীভোন্দা পুথোকখি হায়বা নমাকী শেল অহুদগী অওবা
খর পিরকউ।

সহদেব - ঐভোন্দা শেলগী রা হায়রকনু।

রজনি—করিগী হায়রোই।

সহদেব—নখোয়গী কননবগীদমক্তা মীভোন্দা পুথোকপিরুবনি।
ঐভোন্দা হায়কম থোকপরা? মীনা শিংভকপা ভাইবা তারেদনা।

রজনি—(শাওনা) করি।

সহদেব—মসি লম্বীনি। রা কন্না ভাংনহুশি। অদুগা মতুংদনু
ঐভোন্দা শেলগী রা মুকহায় হায়রকনু।

রজনি—(ছেশাওবা অমসুং কপ্পিংবগা লোয়নবা) নং অসিবু পোক-মিন্নবা ইপুংলিকে। অদুক মীমুং'স খংদবা হিংচা য়াইতখগী শাজৎ চৎপা নং মপে ক মপোক খুদিংদা মু'ভাইবা শরুক কংগনুকো।

সহদেব—নংনা শাপ লক্কা তৌড়নসু রাগ'দবসু নত্তে নংনা বর চামডারক পিছুনসু ঐনা মুভাইগদবসু লৈতে। সহদেব ঐদি হায়ু হায়ুনি। অদুগা মীমুংশি খংদবা হিংচা-য়াইতসবা ঐগী ইনাক্কসু লৈবীরসু। ঙসিদগী মুংভাইগদবা মফম য়েংড়ুনা চৎপিবরো।

রজনি—ঐবু চৎলো হায়বা ?

সহদেব—চৎপা তারে। মরমদি ঐ ইশাগী পুক ফাওবা খনজবা ভমজ্রবা মতমসিদা মীরেম অমবু থাকপা কদাইদগী ভমগদগে। ঐগীদি ঙসিদগী চৎখ্রো হায়রিবসিনি।

রজনি—ফরে করে। ঙসিদগী হৌরদুনা ইচে নংগী ননাক্কগী চৎলগে অদুগা পুন্সিদা নংনসু নচে অমা লৈরি হায়বসে কাও-খরো ঐসু নং অমা লৈরি হায়বসে পুন্সিমগী খনগ্রোইকো।

সহদেব—রাই শংলেদা। মতুমক্কি ঐনা পাম্বা। (চৎখিবা)

রজনি—ঙসি অসি কনাগীদা পনগনি। হৌজিক লরায় তান্না চৎপসু মতম অসি বর খুয়োনরে..। কনাগীদা পল্লুগনি (চৎখিবা)

লাইট ওফ

## ১০শুবা উৎপা

## য়ুম ( সুরেন্দ্রগী )

মফম :—মাঙ্গোল মতম :— অয়ুক

( সুমতি চিয়ারদা ফম্লহুনা পেপর পাহন্না লৈরম্মী ; মতম অসিদা তোম্পোক চংলকই )

তোম্পোক—ইবেম্মা।

সুমতি—চংবিরকউ খুড়া। কম্বীয়ু। করি থবক্কীনো ?

তোম্পোক—ঙসিদি লুয়বা রাকম অমত্তং ইবেম্মগা ঙাংনবা লাকচ-রিবনি।

সুমতি—তাকপিয়ু ; করি রানো ?

তোম্পোক—পাবুংনা রা অমা শিন্নরি। রা অসি ঙসিগী সুবিস্তা পাবুংদা মরোল অমা হোদোক্কবা রাদে হায়রি।

সুমতি—অছুবু করি রানো খুড়া ?

তোম্পোক—অসিনি ইবেম্মা—ইবেম্মনা আফিসকী থবক ইংথাং কনা তৌহুনসু পাবুংগী নাক্তা অস্তুম লৈবা হায়বসি মীগী মীনোক চংলক্কনিদো।

সুমতি—হায়বদি পাবুংনা ঐবু থাক-য়োনজবা পাম্লে অসিনিনে খুড়া ?

তোম্পোক—মানি ইবেম্মা। মসিগী রা অসি পাবুংমক্তা ইবেম্মদা হায়বসিসু করা সুংঙাইতে। ইবেম্মসু খন্দুনা য়েংবিয়ু নহানমক লরাইদা থোকখিবা ঘটনা অদু ইবেম্মগী করাদা মিংচৎ থিরবনো ? অদুগুম্বা ঘটনাছু অমুক থোক্লকওই হায়বা অরেম্মসু

লৈতেলো। ইবেম্মগী পুক্লিং খংদনা পাবুংনা হেক থাজ-
য়োনজবসু ভৌনিংজ্রি, মসিদা……।

সুমতি—পাবুংগী পুক্লিং নহান্না ঐনা খংলবনি। ঐগী পুক্লিংনা পাম্বা লম্বীদা পাবুংনা অমুক য়েংকদবা লৈত্রবনি……অদুদা……।

তোম্পোক—অদুদি ইবেম্মনা অপাবদো পাবুংদা হেক হায়দোক-
পিরোদনা………।

সুমতি—খুড়ানা খোইনা হেন্না রা খংখিদ্রে। ঐনা পাবুংদা রাহু করম্না হায়গদগে? খুড়ানা পাবুংদা কাংখোকপিবা য়াইনা। ঐগী পুক্লিংদি খুড়ানা খংবিরবনি।

তোম্পোক—হায়মা-হায়মা ইবেম্মসিদি মতা অমনিনা, ঐভোন্দা তাইন-
রিবসিবু।

সুমতি—তায়নদবদি।

তোম্পোক—হায়মাইপেম্মা। ঐভোন্দা খুদোনবী থিন্দুনা তাকসু ভাকপিদনা মীগী পুকতা লৈবা রাবু খঙ্, হায়রিবসিবু ইবেম্মনা খোইনা হেন্না ভাওখয়েনে। ইবেম্মগী পুক্লিংনা খোয়দাবা মীশক অদো খুড়াদা হায়দোকও। পাবুংদা কেংদোকচরগে।

সুমতি—খুড়াসিমা খংনা খংনা ঐগী ইচিলসিনা হায়বসি তানিং-
ঙ্রবোইরে।

তোম্পোক—অদুদি খুড়া রা হংগে ঐনা খংলিবা মীশক অসিবু ইবেম্মগী পুক্লিংনা ভশেংবমক খোরজাবিরবরা?

সুমতি—অদুম্না খোউনা হংজিল্লরবদি ঐসু খুম্ফম খংদে।

তোম্পোক—খুড়া ভাব ভারে। ভাব ভারে।

সুমতি—অচুদা খুড়া, লুরবা রা অমগা লৈরিনে।

তোম্পোক—করি রানোনে ?

সুমতি—খুড়ানা মায়কৈ অনিমকী লাংদাই ওইবিবা তারিনে। হায়রবদি খুড়ানা ঐগী পুক্লিং খংদোকপিবগুম অমত্তুগী পুক্লিংসু খংদোকপিবা তাই। করিনা হায়রবনু মহাক্না ঐগা মপালখোল্লা পুক্লিংগী রাফমসি গুসি কাওবা কোংদোক্লদ্রি।

( মতমসিদা বসন্ত চংলকই ; মাখোয় অনি রারিদা মুনখিত্তুনা উদবা )

তোম্পোক—মপাম্ভোংগী রাদি করিসু লৈতে। মরুওইবদি পুক্লিংগী রানি। অত্তুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী ইবুংঙো বসন্তগী রাদি করিসু খনবিরুগনু। ঐনা দাই পুক্লগনি।

বসন্ত—করি দাইনো খুড়ানা ঐগীদমক্তা পুবিগদৌরিবনু ? ( সুমতি হাইকেং ইকাইবা খবর পাশমত্তুনা লৈবা )

তোম্পোক—ইবুংঙোনু মতম চানা লাক্লে করেদা। রা অসি মচি মরুমদা ঙাংনত্তুনা কারক্রে। দোং দোং হেক্তা ঙাংনরসি।

বসন্ত—করি রানোনে খুড়া ?

তোম্পোক—ইবেম্মগা ইবুংঙোগা লুহোংবা তারে। ( সুমতি ইকাইত্তুনা হৌগৎতুনা চংকে তৌবা ) কদাইদনো ইবেম্মা, কদাইদনো ? হৌজিক চেনলাকুনা হিংলরোই। অচুক চাওরগা ইকাই হায়বরাও ? রা অসি গুসি হেক্তা তেনশিন্নরগদবনি।

বসন্ত—করিনোনে খুড়ানা তৌরিবসিবু ?

তোম্পোক—অমুক মতম য়ৈথোকপগী কান্নদে।

বসন্ত—খুড়া।

তোম্পোক—অসিনি ইবুংঙো; ইবেম্মা সুমতিগী মপুক্লিংদি ঙসি খুড়াদা কোংদোকপিরে। অদুনা ইবুংঙোস্নু থম্মোইহুংদা ওমচাক্লনা থম্বীরগম্নু খুড়াদা কোংদোকপিরো।

বসন্ত—ঐবু ভাব অমা ইত্তা তাক্লেনে।

তোম্পোক—ইবুংঙো অমা তামনখিক্রে। ইবুংঙোগা ইবেম্মগা লুহোংবদা সুরেন্দ্রবাবুস্নু ইবেম্মস্নু য়ারে অদুগা নমাই খুড়াস্নু পাম্লে। ইবুংঙোগী মোট করিনো?

বসন্ত—অদুক লুবা য়াফমদুবু খুড়ানা ......।

তোম্পোক—করম হায়না লুগদৌরিবা? সিবু ঐনা হুরানসি হায়বরা? লৈপাক মমাংদা লেম্নবগুম কোংনা লুহোং-থোংদোংসি হায়বসিবু করি লুকম লৈবগে।

বসন্ত—অদুদা...... ।

তোম্পোক—মসিদা অদু-অদাগী য়া করিস্নু লৈতে। নহানমখৈ ইবুংঙোগা ইবেম্মগা অনিগী থম্মোইহুংদা ওমচাক্লনা লোৎতুনা থনবা য়াকম অদু ঙসি ইলায়-লায়না কোংদোকপিরে। মসিগী-দমক্তা ইবুংঙোগা ইবেম্মগনা ঐবু মিঠাই কাওবা পিজবা য়ারিবনি। করি হায়বগে ইবেম্মা?

সুমতি—খুড়া তুম্মীন লৈবিরো মীগী পুক্লিং থংদনা সুশিজক্লবা ঐনা অয়ানবনি।

তেম্পোক—(বসন্তদা) কমদৌই? অদুক থুম্বীয়ুদদা।

বসন্ত—নত্তে ঙসিবু চা-কা থক্লগবরা?

সুমতি—ঐখোয়গী য়ুমগী চা-কাবু থকপিনিংলিবরা?

বসন্ত—চা থকপদি করিস্থ কায়দেনা।

সুমতি—খুড়া, চাদি থকপিগনি হায়রি কেটনিদা ঈশিং অণাবা লৈরমগনি চ·কপ অমত্তা হাওনা শেম্মীরু।

তোম্পোক—অস্থুক রাখংদবা মীবু চা পিথকলুহনা করিবু কায়গবনোদা।

বসন্ত—মতমনা লাক্লবদা রাখংদবা য়ারোইদা ঐগীস্থ কায়বা লাকনিদা।

তোম্পোক—হোয় হোয় অহুগুম্বা নরোল অমত্তং লোল্লবদি চা পিথকপা য়াবগী রাকম অমা লাক্লে। খুড়া চা লোল্লুখিগে। (চংগে তৌরুরগা) চাস্থ থুমনা হাওনা লোল্লকে। অহুগা ইবুংঙোগা ইবেম্মগা অনিগী রাকমগী রাইস্থ থুমহল্লস্মু। হাওহল্লস্মুকো। (চংখিবা) বসন্তগা সুমতিগা লোয়া লোয়া য়েংনহুনা সুমতিনা খবর পাশিন্নহনা বসন্তনা দায়রি য়েংশিন্নহনা ঙাহাক লৈবৈরা হৌদোক্লবা ওয়দে)

বসন্ত—তাবিরিবরা? (সুমতি থুমদে খবর মরুমদগী লোয়া য়েংওকই) তাবিরিবরা?

সুমতি—ঐ না পংকম্রি।

বসন্ত—হৌজিক খুড়ানা হায়রিবা রাশিংহবু অচুম্বরা?

সুমতি—খুড়ানা হায়খিবা রাশিংহু অদোমগা ঐগগী মাংদা নহ্রনে?

বসন্ত—মানি।

সুমতি—মতমহুদা ঐনা মীনম্বনি হায়খিবা য়াওবরা?

বসন্ত—হোয় ঐ লোয়না ভাব তাজরে। য়াকম অসে ঐগী ইকমদদি ইখুৎমক্লা সনাগী লৈহাও লৈরেন হেকচবা ফংবগুম্বনি। করাদা লাইবক কপ্পবনো? অহুবু সুমতি দেবী, লাইবক কবসে লাইবকখিবা ঐগী ইকমদদি মত্তিক মপা নত্রে।

সুমতি—পাওখুম অহুদি সুপী ওইবী ঐবু ইকায়বা পিবা নহুনা করিসু নত্তে।

বসন্ত—অদোম্না লাম্না লৌবিখরে। ঐগী পুন্সিগী অশোনবা 'নংবা খুংদবসে অমুক্তা মুম্না ভাবিখো। ঐগী পুন্সিগী কল্লবা রাশক অমা লৈরি। রাশক অসি পাংথোক্লিব্রা কাওবদি করিগুম্বা অমত্তা ইনিংতম্বা ভমত্রি।

সুমতি—করম্বা রাশক্নো? রাশক অহু পাংথোক্লবা হোংনবদা ঐসু ভমজবা ইতেং পাংজগে।

বসন্ত—সুমতি দেবী, য়ুম ইংথোলগী রাদি করিসু খল্লুদে ঐগী ইনাও নেত্রজিৎনা বন্ধপ থমদোকপ্রিবা, ঐনা মীরোন খংঙকহৈদগী মাগী মতম্বাক্তা ওন থোইহুনা চাওজররুবা মালেম ইমাগী মশক ওইরবা লৌ-শীং অহু হন্দোকপা ভমহুনা মালেম ইমাগী সেবা কংজিবা কাওবদি করিগুম্বা অমত্তা খনগ্ররোই হায়না ঐনা রাশকখরে। সুমতি দেবী ঐ নহানি খন্দবা ভমদে আপম মুংশিগী রাখল—অহুবু ঐগী পুন্সিদা শান্তি লৈত্তে। মীগী মমা ওইগ্রবা মালেম ইমা অদো অমুক হন্না ঐগী ওইজবা কংবা মুমিং অহুদা ঐগী শান্তি ওইগনি।

সুমতি—মালেম ইমাদো ঐন। অদোমদা শিন্নজহুনা অদোমগী শান্তি পুজরকপা ভম্লবদি ...... ।

বসন্ত—সুমতি! ( মতমসিদা তোম্পোক চা পুহুনা থোরকই )

সুমতি—মমল য়াওদনা কৎচবা ঐগী থম্মোই অসে নচাক্লা লৌবিপদরা?

বসন্ত—সুমতি, নংগী নত্তেংনা মালেম ইমাবু অমুক হন্না ফংজরবদা ঐগী পেন্দবা করি লৈখিগনি। নহাক ঐগাক চংহুনা ইমাগী সেবা ফংমীন্নরগা লোইরে।

সুমতি—মালেম ইমাবু অমুক হন্না ফংনবা হোৎনবগী অদোমগী রাশক খৌরি অহুনা ওসিদগী হৌনা ঐবুসু পুল্লে হায়না নহাক্না লৌবীয়ু।

বসন্ত—সুমতি!

সুমতি—অরা মুংঙাই অনিদা নহাক্কী পুক্নিংগী লোইনবী ওইজবা ফংহনবীয়ু।

তোম্পোক—মসিদবু ঐগী চা অসিনা হাওরোইদবা থুমলোইদবগী মরম লৈবরা? (বসন্ত সুমতি নোকমিন্নবা) রারি শাবা হায়বসিসু খদাং চোকপনি রাবনি চা কপ অমমমত্তং ফামখিংসি। (বসন্তগা সুমতিগদা চা পিবা)

সুমতি—খুড়াগী দি?

তোম্পোক—খুড়াদি চা থক্ত্রবসু ইবুংঙোগা ইবেম্মগা অনিগী মত্তৌ য়েংবদা পুমপেন পেল্লে।

(মতম অসিদা সুরেন্দ্র চংলকই)

সুরেন্দ্র—বসন্ত!

বসন্ত—খুড়াইবুংঙো। (কম্মম্বদগী হৌগৎপা)

সুরেন্দ্র—কম্মু কম্মু। তোম্পোক, নংসু লাক্লিব্রা?

তোম্পোক—বাবু!

সুরেন্দ্র—বসন্ত, মীয়াইচল্লবী মুপী অমা ওসি লম্বীদা উবৈ। মহাকসু ঐখোয়গী কেক্টৌরিগী থবক শুবা য়াওজগে হায়। মাগী ফিভম

অহু উবদা য়াম্না মরাইবক খিরবী নুপী অমগুম্না উই। মহুদা ঐনা নুঙাইতহনা য়ুমদা লাকউ থন্নসি হায়রম্মী।

বসন্ত—খুড়াইবুংঙো কেক্তৌরিগী থবকতবু নুপীনা করি কান্নগদগে। মরাইবকথিবীনি হায়না খুড়াইবুংঙোনা নুংশিবিরগা য়ুমগী কৌ চেং শুনবা কোল-লিক য়াহৎরম শেংনবা থমগে হায়রগা থম্মীয়ু। কেক্তৌরিদাদ থোইনা কান্নরোই।

সুরেন্দ্র—হোয় খন্নহনা তৌবা হায়বহনি। ইহে, বসন্ত কেক্তৌরিগী থবক শুবগী রেজিষ্টর বয় অহু ঐগী লাইরিক শুকমকাদা লৈহৌবনি। শুয়াং মুদাং চেক তৌবা লোইশিনবা শমদ্রে। নং অমুক্তা লোইশিল্লম্মু। চৎলো।

বসন্ত—কনি। কদোমথংবা কাদা?

সুরেন্দ্র—সুমতি, নং অমুক্তা ভাকলু।

সুমতি—ঐ ভাকচগে লেংঙকও। (সুমতিনা মাং থাহনা বসন্ত চংখিবা)

সুরেন্দ্র—কমদোরে তোম্পোক?

তোম্পোক—য়া লোইরে বাবু।

সুরেন্দ্র—হায়বদি?

তোম্পোক—ঐখোয়গী ইবেম্মগী পুক্লিংনা তাবদি বসন্ত ওইরম্লে।

সুরেন্দ্র - (হরাওনা) হা!

তোম্পোক—অনিমকী পুক্লিং অমত্তা ওইরম্লে।

সুরেন্দ্র—নুংঙাইরেদা ঐনা নিংবমক খুংজরে। ইচানিপা পোক্তে য়ারম্বহ হৌজিক্তি য়ানিংঙাই করিস্নু লৈদ্রে। ঐগী সম্পত্তি পুম্নমক অসি মথোয় অনিনা কংজহৌরগদবনি। নুংঙায়রে

সুংঙাইরে। (কুন্নিংখাওদগী লুপা ১০ লৌথোক্লগা) শে, তোম্পোক, মসিনা কন্নিনো অমা চাজৌ।

তো'ম্পোক—বাবু।

সুরেন্দ্র লৌনে শে (নমজুনা পিবা) চৎলু চা-কপ অমত্তা শেমলু।

তোম্পোক—ফনি। (চংখিবা)

সুরেন্দ্র—সুমতিগা বসন্তগা য়াম্না থুনা লুহোংথোক্লে হায়রগা ফেক্টোরিগী থবক পুন্নমক বসন্তগী মথুক্তা শিন্নরগে। ঐ পোত্থাবা থর কংলগনি। (থবর পাজনা লৈবা; মতমসিদা রজনি চংঙকই; য়েংবদা য়াম্না ফিভম ফজ্রে)

রজনি—রা অমত্তা?

সুরেন্দ্র—(থবর থম্লগা) ও নহাক লাক্লবরা?

রজনি—হোয়।

সুরেন্দ্র—ফম্মু ফম্মু। ফকতুদা ফম্মু।

রজনি—ফনি।

সুরেন্দ্র—ইবেম্মনা ঐগী ফেক্টোরিগী থবক্তা য়াওগে হায়বজু অঙাংশিংগা তান্নবদা নাতৈ অমা চারোইদৌরি। য়ারৌরজু চৎলো।

রজনি—ঐনা ওমজবজু শুজগনি নোমজগনি মাজুগী অরামল থরদং ফংহনবীরগা লোইরে। ঐবু কনা লৈজরবনি অমুক্তদি য়াখল তৌবীয়ু।

সুরেন্দ্র—ফরে; ঐ রা হায়রগে ফেক্টোরিদদি নহাক থবক শুবা য়াওবা য়াররোই। নগাক্না গতি লৈজবরে চংজকম পিয়ু হায়রগা ঐগী য়ুমগী থবক ইংখাং নোম-লিকতুনা লৈগে হায়বজুমঙাইরে।

চাবা থক্পা নফি-নরোল থোনবগী মথক্তা নংগী তুংগী দমক্তা তুংশিঞ্জনবা থা থা খুদিংগী লুপা ৫০ | ৫০ পিগনি। নংগী-দমক্তা ঐনা খনগদবা হায়ববু অত্থুমগুইরে।

রজনি—মত্থুস্তু ঐগী লাইবক কবনি। ঐ য়াজরে।

সুরেন্দ্র—অত্থুদি ঙসিদি নৈপাকপোকপনি একাদশীস্তু থোকই হয়েং লাকও।

রজনি—অত্থুদি ঐ চৎচরগে।

সুরেন্দ্র—চৎলো চৎলো।

(রজনিনা চৎকে হায়ত্থুনা চৎপা হেক হৌবদা বসন্ত ফাইল অমা য়েংল য়েংলগুনা ইমুংদগী থোরকই) বসন্ত, সুপী অসিনি; ফেক্টোরিদদি নাতৈ অমা চাররোই য়ুমগী থবক ইংখাং নোমত্থনা নৈয়ু হায়খরে।

বসন্ত—(রজনিদা য়েংলগা) কনানো! নহাক অমুক্তা ঙাইখো!

(রজনি চপ লেপ্তুনা হন্না য়েংথোরকপা; বসন্তগা রজনিগা শংত্রিক য়েংনবা; মিৎতা পিগী ইন্না হৌনবা)।

বসন্ত—ইমা! (হোৎচিন্দুনা মমাগী মখোং কোনবা)।

রজনি—ইমাগী ইবুংঙো! (মচাবু কোনবা) (সুরেন্দ্র পুমঙক ঙকখরে)।

বসন্ত—ইমা, ইমানা ঙসি ওইরিবা কিঙম অসি উবদা নচাগী থম্মোই অসি পুবা য়ারক্তরে। হায়য়ু মতৌ করম্না অস্থুক নৈখা তাম্রিবা!

রজনি—ওক্তবা মচাগী মমানা করিবু ওইগদগে! ননাওনা জেলদা নৈখিবা হাপ্তামুক্কী মতুংদা নংগী কত্রবা মামনা ঐবুস্তু মাগী

মনাক্তগী তাম্বোকপিরক্লে। লরাইদা চ লুরে। মকম অছুদসু ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈরমদরে। কৎত্রবা ননাও অছুনা ময়ম ওইছুনা ঐবু কুংশিন্বিবা কনাসু য়াওরমদ্রে। মীওইবা কৌবনিনা চাদ থক্তুবদি য়াদবনিনা হিংননবগী লম্বী থিরকপদা ঙসি য়ুম অ'স য়ৌরক্লিবনিনে।

বসন্ত—মামনা নংবু তাম্বে'রক্লবসু নচা ঐগী খোংগুল লিবিরকপদি করি ত্তোই? কারগীদমক্তা য়ুমথোং খুদিং চংদুনা চাক্লিবীগী পাক্সমগুম লেপ্লিরিবনো? খুড়াইবু'ঙো, মহাক অসি ঐগী ইমানি।

সুরেন্দ্র—করি হায়বা বসন্ত!

বসন্ত—মচুম্বনি খুড়াইবুংঙো ( তোম্পোক্লা চা পায়দুনা থোরকই )

তোম্পোক—( রজনিবু উৎদা পুমঙক ঙকপা ) ইবেম্মা!

রজনি—তোম্পোক, নংসু সিদা...... ।

তোম্পোক—ইবেম্মা! ( টেবিল্দা চা থম্মী )

(সুমর্তিসু ইমু দগী থোরকই )

সুমর্তি—ইন্দোল ইবেম্মা!

রজনি—ইবেম্মা! নথাকসু।

সুমতি—মানি, য়ুম অসি ঐখোয়গীনি।

সুরেন্দ্র—সুমীমচা নংসু থংনবরা?

সুমতি—পাবুং।

সুরেন্দ্র—সিদি লোইনা ইখং থংনরম্লে ইত্তোমতা ওইরে থংদ-রমত্রিবা।

বসন্ত—খুড়াইবুংঙো, অমুক খুপলুহুন করি ভৌগনি ঙসিদি লোয়না শেংদোকচরগে। নেত্রজিৎ ঐগী ইনাওনি। মহাক্না জ্ঞান তাদবা অমদি ওক্কুবদগী ঙসি ঐখোয়না অসি য়েৌনা লৈখা তারিবনি।

সুরেন্দ্র—নেত্রজিংপু নহাক্কী ননাও ?

বসন্ত—মাপি; অসিগুম্বা পরিচয অসি খুড়াইবুংঙোদা কোংদোকপিগনু হায়না ঐনা ইবেম্মা সুমতিদা পাওমেনজবনা। ঙসি কাওবা খুড়াইবুংঙোনা খংবিদবনি।

রজনি—বসন্ত, জুগেংচাদবা লমচৎনাইদবা মচা মহাক্কী রা হোদোকনু। ইচানি হায়বা কাওবা হায়নিংদে। মাগী রা ঙাংনরগা ইমাগী মায় অসি থক্ষম লৈবক্তুরে। ঙসি মমা ঐবু লম্বীগী চাক্লিবীগা পাংথক ওইহল্লিবসি মহাক্না নত্রা ?

বসন্ত—ইমা, মহাক হৌজিক্কি জ্ঞান তারগনি; মীওইবা হায়বসি খুদি থিড্রিবা মথৈ খংদবনি। মহাক্দি খংওম্মোই, ঐনা মাগীদমক্তা জামিন য়ারম্লবনি। ঙসি মহাক জেলদগী থাদোক্লক্লগনি।

রজনি—মহাক জেলদগী থোরক্লগনি হায়বা ?

বসন্ত—থোরক্লগনি। মতুং অসিদদি মহাক খোইনা লম হেল্লরোই হায়না নিংঙি।

রজনি মরোন-মরাং তাক্লবা কুয়োন হুরবা মতমদা জ্ঞান তাহুনা করি কায়গনি।

বসন্ত—ইমা, লন খুম হায়বহুদি তাল্লগা কংবনি ঐনা পাম্বদি মহাক মীওইবগী লিচৎ চৎতুনা জ্ঞান লৈবা অহুতনি।

সুরেন্দ্র—অতৈ মরল মথুমগী য়াদি ঐ খংদ্রে। ঐগী ফেক্টোরি অসিদা মাগী লুপা লিশিং তরাদি লৈরি।

( মতম অসিদা মকোই-মরাং চোম্লবা নেত্রজিৎনা সহদেববু ফু-ফুহনা ইন্দুনা পুশিল্লকই ; সহদেব ইহং নাহিং শারে। নেত্রজিৎনা ইল্লকপদা সহদেব উপ্রাক্পা তুবা )

নেত্রজিৎ—খংব্রা ? হৌজিক নংবু ঐগী ইথুংতগী কনানা কনবা ঙমগনি ? নংবু নথল্লাই লৌবা ঙমদ্রবদি নেত্রজিৎনা হিংহনা লৈবগী করি কান্নগনি। ( চৈনা থাগে ভোবা )

বসন্ত—নেত্রজিৎ ! ( খাম্বা )

সহদেব—বসন্ত, মামগী থবাইতদি কনবীয়ু। ( রজনিদা ) ইচে, নৌপাগী থল্লাইতদি কনবীয়ু।

নেত্রজিৎ—তাদা, ঐবু খাম্বীগনু। শা অসিবু আ-লমজাওদা মথল্লাই লৌবগু য়াবনি। অহুবু ঐনা করিগীদমক্তা মকম অসি তান্না পুরক্লিবনো হায়বহ্নদি তাদা অমদি ইমাখোয়গী মমাংদা অরানবা পুন্নমক চুমথোক্কে হায়হনা পুরক্লিবনি। ঐ তাদখোয়গী লৈকমদগু য়োজরুরবনি। খংবীয়ু, শা অসিগী খোইনশিন্দগী ইচিল-ইনাও কাইনখ্রিবনি, য়ুম-ইংখোল মুৎলিবনি সুমতি দেবীগী পুম্সিদা ঐনা বদনাম পিখ্রিবনি। পুন্নমক ঐগী মাংননবগী মরুদি মহাক অসিননিনে তাদা। লৈখা তানা মাংলবা ইরোল-ইরাং তুম্নবা ঐনা হিংলুহনা করি কান্নগনি। শা অসিবু হাৎতোক্লগা ঐসু ফাঁসিগী খৌরিদা শিজল্লগে। তাদা ঐবু খাম্বীগনু। হায়, নহাক হৌজিক কদাইদা লিংকনি।

বসন্ত—নেত্রজিৎ।

নেত্রজিৎ—নংনা পাম্বা মা লুপাক্ত নংনা শিবদা পুন্না চৎপন্না য়েংঙু।

সহদেব—ইচে ঐগী থরায়ভদি কনবিয়ুনে।

রজনি—নেত্রজিৎ, ফর ফত্রবসু নংগী মামনি। মরমচংক্কী খল্লুরবদি নংনা খল্লিবদো মতিক চাবনি। অহুবু লাম্লে হায়জরবা মীবু ঙাকপিবদগী তেনবা ধর্ম্ম অমুক লৈভবনি। কনা শাওনিংবা লৈরবসু ইমানা চায়বা ইল্লু।

সুরেন্দ্র—নেত্রজিৎ, খুড়া ন্না হায়গে। নংগী মামা অসিনা কনা শাথিনা নংগী নকমদা অকায়বা চৎখিবা লানখিবা লৈরবসু ওক্লে। হৌনদে, ফর ফত্রবসু নংগী মামনি।

নেত্রজিৎ—খুড়াইবুংঙো, ঐবু ঙসি শা ওনহল্লিবসে মহাক অসিননি ঐ হিনিংক্রে মহাক অসিবু ইখুংমক্কা হাংঙোক্লগা ঐ শিনিংলবনি।

বসন্ত—নেত্রজিৎ, মহুনা করি কান্নগান। ইয়াম্বা ন্না হায়গে। হৌখিবা পুন্নমক অদো কাওখরো মাংজখিশসু লন থুম, চৎচখিশসু য়ুম ইংখোল অমুক ভাল্লগা কংবনি। হৌজিক ইাচল ইনাও হান্নগী পান্দমগুম লৈমীন্নগদবনি।

নেত্রজিৎ—তাদা, মভম অমদা পোকমীন্নদবা ইয়াম্বনি হায়হুনা নংগী নকমদা ঐনা চৎখিবা শা-ঙাগী লিচৎ অহুবু নংনা ঙাকপিবা ঙমখিগদরা ?

বসন্ত—নেত্রজিৎ, মনাওনা মরাম্বগী মকমদা ওইনজববু ময়াম্বনা ঙাকপিবা ঙমত্রবদি মরাম্বা অমা ওইবগী করি মমল লৈরি। ঐ করিমক্কা খংদে ঐনা খংবা হায়ববু মহাক ঐগী ইনাওনি।

নেত্রজিৎ—নত্তে নত্তে তাদা ননাও শা ঐগী লৈকমদি কৈগুমশংদনি। তাইবং মীরক্তা লৈগদবা নত্তে। মহাক অসিবু হাংলগা পুন্সিগী কৈগুমশংদা লৈজগ্রগে তাদা খল্লু খল্লুরগা থরাই অসি প্রোক্-প্রোক্ চাক্লে। ঐ লৈকম খংত্রে।

সহদেব—নেত্রজিৎ, বসন্ত, ইচে নখোয় পূন্নমক্না অরোইবা ওইনা ঐবু অমুক্তদি তাকপিয়ু।

বসন্ত নেত্রজিৎ, লেমহৌবা পুন্সি অসে অরানবা লম্বীদা চংলারোই হায়না ঈশ্বরগী মকমদা রাশকউ। মতুঙদা নংগী পুক্লিং অহু ইংগনি। নেত্রজিৎ, নং ঐগী থৌদাং রাংলি। মীগী মমা ওইগ্রবা নং ঐগী ইমা মালেম লবুক অহু অমুক হন্না ঐখোয়গী ইমা ওইনবা হোৎনরগা ইচিল-ইনাও ষণ পোপা ওইহনা পুন্সিগী ইমা মালেম লৈমগী মতম্বাক্তা ওন থোইহনা শান্নখিগদবনি।

নেত্রজিৎ—তামো !

বসন্ত—ঐনা ওসি সহরদা লৈহনা শেল তানবগী মরম করিনো নংনা বন্ধপ থমগ্রিবা মালেম ইমা অদো অমুক হন্দোক্নুনা ঐগী ইমা ওইজবা ফংনবা হোৎনবনি। হৌজিক্কি ইচিল ইনাও অমুক হন্না পুন্নবনিনা করিগ্ন চিংননিঙাই লৈত্রে। ঐখোয়গী ইমা অমুক হন্না ফংলগনি।

নেত্রজিৎ—তাদা, অমুক হন্না মালেম ইমাবু ঐখোয়গী ওইজবা ফংলবদি ইমাগী সেবা ঐনা তৌজরগনি তাদা পোথাবীরো।

বসন্ত—করিগী ঐনা পোথাগনি। নয়াম্বা ঐস্নু লৌমী মচা অমনি ঐনা পোথাগনি—মালেম ইমাগী ভস্পাক্তা ওন থোইহনা।

তাও, নেত্রজিৎ, মালেম ইমাবু ঐখোয়গী অমুক হন্না ওইনবা হোৎনবদা সুমতিনসু ঐখোয়গী ইতেং পীগনি হায়রি।

নেত্রজিৎ—অচুম্বরা সুমতি দেবী?

সুমতি—অচুম্বনি নেত্রজিৎ বাবু।

নেত্রজিৎ—মুংঙাইরে ওসি ঐগী অমম্বা ্নোং হায়দোকখিছনা অনৌবা মুমিৎ থোরক্লে [illegible]

বসন্ত—অযুক্কী অনৌবা মুমিৎ থোরকপগা লোইননা মালেমগী খোল্লাও অসি তাও "মালেম ঐনা পোকপিবনি মালেম ঐনা কোনবিগদবনি করি তৌরি নথোর? লৌমী মচা নথোর কারিগী নিংঙায়দনা লৈথোক্লি। ঐগী ইতম্বাক্তা ওনুখোইনা শানরো লাও মছুত্তদা নথোয়গী নপুক থনগদবনি"। অসিগুম্বা ইমা মালেমগী খোল্লাও অসে অহিং মুংথিল অনিদা তত্তনা ঐগী নাকোংদা নিল্লিবনি। অছুনা লৌমী মচা ইচিল ইনাওদি পুক্সিগী ইমাগী মতম্বাক্তা ওন থোইছনা লৈগদবনিনে নেত্রজিৎ।

নেত্রজিৎ—তাদা (মচিন-মনাও কোম্নবা; মম্লাম পুম্বা হরাওবা)

THE END



